**An appeal to you all.**
**Please excuse me.**
**Dear friends,**

Our India has achieved her Independence since the 15th August 1947. She has now become a republic. But her constitution is not free from the British rules amended here and there to suit us.

India is a big country having different languages, different castes, different religious, and also decorated with numerous experts of any line. As a result of differences, their meetings become an ambiguous or led the governments and people in an uncontrollable position. The innocent people are facing several difficulties and have delericted their duty.

We are all drawn in politics by the blow of the politicians. A climax of undiscipline has reached and polluted the bright politics of themselves.

How have they been ?

It is nothing but imperfect calibre or unreliance to leader or wants of leaderships or lack of knowledge of the public services or strong desire of any kind or so. There will be no political peace until and unless a step is considered by all parties. We have to divert form the struggle of entwinning power politics.

Once we all believed that peace and prosperity depend on leadership. We understood during the last some years that, crimes could not be faced properly. The government exercised overpower for the maintenance of law and order. Thus we re called the British rules.

Now, we require a good book which could enlighten the whole of Indian population, and Indianise in no time. Still none of us is trying to place a book before the government and people for their consideration, so as to conserve our traditions. It is our duty to give suggestion politely to the government.

I think that even though the book is little all soluble means will be available by the readers.

Lastly. I place to you all this draft synthetic formula for your kind consideration. This formula is quite Parliamentary, democratic and Presidential form of government.

For an example :— Manipur had 448 representatives Then, what number would repesent for the whole of India now ? So it is a government of the people for the people and by the people.

With these words I thank you all.

*Author* —

# য়াঁহৈ অমত্তং

লাইবিক অসি শোক ১৯৭২ দা ঊবনি। ঙসি ফাওবা ফোংবা ঙমদনা লৈরে। শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম ভুবনেশ্বর সিংহ, শ্রীযুক্ত লোংজম রঘুমনি সিংহ ভদ্রলোক অনিনা তেংবাংবিদুনা লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজরে। পুকচেল ৮ উবা ভদ্রলোক অনিগী মফমদা বাকৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা অপেনবা ফোংদোকচরি অমসুং হন্দক মপোক্কী লম্মন তোল্লে। থোইদোক্লা মহাভারতকী প্রেসনা অরা অনা থিবিদনা অকক্লবা মতম অমদা লাইরিক অসি পুথোকপীবগীসু প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিংদা অপেনবা ফোংদোকচরি।

ঐখোয় পুম্নমক্কী পোক্নফম মনিপুরদা লৈবা অহল লম্মন, ইচিন-ইনাও পুম্নমক্তা লাইগুরুশিংনা থম্মোইরম্ব মনিপুর লৈঙাক্লোন অসি মীপুম খুদিংদা শরুক তমজনিংই। লৈঙাক্লোন অসিগী শক্তি অমদি আদর্শ অসিমক্লা পৃথিবীদা তোপ তোপ্পা মনিপুর লৈবাক লনগৈ চোম্না ঙাল্লম্মী। অশা তৌবা ইচিন ইনাওশিংগী তুংগী থোইদোকপা পাম্বৈ অমত্তংদা ওইরবসু নত্রগা করিগুম্বা

ময়ীক অমত্তং থম্মোইদা চুপশিনবিবা ওয়বদি হোৎনজমনগী অৱা পোথাজবা ওইনি। ঐনা পাংজদবনা মরম ওইদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা থোইনা চায়নিংঙাই লৈজদে. হায়কমন্থু থোক্কে লাইরিকী গুণ লেপকদবদি সরকার অমদি প্রজানি।

প্রসিদেন্সিয়েল ফোম' ওব গোভর্ণমেন্ট করিনো,

কদাইবু কোই ?

লাইরিক অসিনা য়াহং অসিগী পাউখুম্নি। য়াহৈ কনবগী-দমক পুকচেল চাউবশিংনা ঙাকপীয়ু।

অইবা—

# মণিপুর লৈঙাক্লোন

| হীরম | | | লমাই |
|---|---|---|---|

হীরম লমাই

# মণিপুর লৈঙাক্লোন

অহাম্বা শরুক

## থিজিনবগী কান্নবা —
## লৈবাক অমসুং অবৈবা জাতি

মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংদি বেদ চক্রিংগী লৈত্রিংগী লৈরক্লবা য়ম্না লিরবা জাতি অমনি। মখোয়গী হৌকম লৈকমবু কুকম চৌং হায়না কৌই। মখোয়গী মরোলদি ঋগ্-বেদদা ইরিবা লোল অসিনি। মখোয়গী ধর্ম্মদি মৈ লাংপা, মৈবু পূজা তৌবনি। মখোয়না মৈ লাংকম, যোজকমবু কুঙ্গা হায়না কৌই।

জাতি অসিগী মেক মলাইগী য়াৱৌনা বেদগী হৌকম চুংফমি। জাতি অসি অহাবদা কৃষ্ণ যজুর্ব্বেদ চৎলম্মী। কৃষ্ণ যজুর্ব্বেদনা মন্ত্রনা তন্ত্রনা ঈশ্বরবু নিংই। মতুংগী ভাবতি ঈশ্বরগী মুর্ত্তি মওং মতৌ থংদতুনা মন্ত্র যম তৌই হায়বনি। শুক্ল যজুর্ব্বেদনা ঈশ্বরগী মশক মওং থংলদ্রনা মাগী দর্শন সাত্রবু লৈনৈ। কৃষ্ণ

যজুর্বেদ চৎলবা মহুম্‌দা মৈতৈ হায়না খংনখি। মখোয়না পবা ময়ন্‌ সত্র কৌবা যজ্ঞ তৌরম্মী। মখোয়না ঈশ্বরবু পোয়নবা শা য়মচিংবা ইয়াৎলম্মী।

জাতি অগ্নিনা সুমিৎকী মচানবু গো কৌই। মী অয়াম্বনা গো-গী অর্থ যণ হায়না খংনৈ। অগ্নিগুম্বা চাওখৎলবা মৈতৈগী য়েক যলাইগী য়ারীনা বেদ শেমখি। মৈতৈগী সভাতা কয়া কুইরবগে হায়বা অদুদি বেদ-না হায়বা মৈ লাৎপা, মৈ পুজা তৌবা অগিনা অস্থম খংনৈ।

মৈতৈ জাতিনা মৈ ইড়াৎপদা সুমিৎপু গুরু হায়না কৌই। মখোয়না মৈথু চেন্দবা মৈদা সুমিৎকী মহুৎ শিন্না ইড়াৎলি। মৈতৈ জাতিনা লাই পুরমজুগী ফুজানা মরুয় হায়দুনা ফুঙ্গা-লাইরু কৌই।

মৈতৈগী শিন্দবুংশিংনা (পণ্ডিত) পবা ময়ন্‌ কৌবা সংবৎসর যাগ তৌরম্মী। মখোয়না সুংশাগী মৈশা লাংববু যণ মচি কৌবা থা কৌই। অমুক লুবা বেদগী লোয়া মরোন ওইবা মৈতৈ জাতি অসি য়ায়া লিরবা জাতি অমনি হায়বা কৃষ্ণ যজুর্বেদ চৎলম্বদগী থ্রাইনা খংবা ঙম্মী।

মৈতৈনা সুমিৎকী মচানবু কৃষ্ণ কৌই। সুমিৎকী মচান লৈকমদু গোলোক কৌই। মৈতৈ জাতিনা জাতি পুরমজুগী

ইহান হাম্বা, মঙোন্দগী হাম্বা লৈতবা মাংদবা মথন্নতা ঙাম্নবা, অনিশুবদা ঙাইথং মপুবু মতম হায়না কৌই। মৈতৈগী পুম্না, ইতিহাস অনিমক্ক পোমশিন্দুনা লৈবা বে-দবু শাৎকাইহন্দুনা বেদ-গী অর্থ কোংদোকই।

লৈবাক অসিদা পোকপা, লৈরম্বা পণ্ডিত শিদবুংশিংনা পুম্নাগী বারী তুংশমচৎতা, মতৈ হৈত্তবশিংনা মীনমগনি হায়না য়াম্না কিখি। লৈবাক অসিগী পুম্না, ইতিহাস্‌পু মীনমদনবগী শিদবুংশিংগী খুৎদা বেদ ইবশিংনা চংজখি।

য়েক ম্নাই থায়না মাগী মাগী জাতিগী, কাংলুপকী পিতৃগণ থায়বসি ভারতকী মসুংদা মকম অতৈদা লৈরে। মথোয়না য়েক ৭ মকপু ম.থায়গী পুকোক্কি হয়। মখোয়না প্রবর করণ তৌবনা য়েকী মচুৎ শিনথিনবা অমদি পরশুরামনা মী য়াম্না হাৎখিবনা কুল ধন্ম জাতি ধর্ম খংবা মীশক লৈতহন্দা তৌবনি হায়।

ইউরোপকী লৈবাক অতৈদা পিতৃগণ ৭ বল্লাই ৭ মৈতৈ-শুম্না থায়। অদুম্নদি ওইরগা মখোয়গী পুগী পুকোক তাকপদি ঙমদে। ঋ.গ, যজু, শ্যা'ম. অর্থব ইতিহাস অমসুং শ্রীভাগবতনা সাক্ষ পিরিবা কীর্তন্দি মৈতৈ লৈবাক মণিপুরতনা চুম্না অমসুং শুনা তৌই। কংলাদা লৈরিবা হিবুখো লোজা অরিবগী পাফম অধ্যাত্মিকী অর্থবু তাকই, কোংদোকই।

মৈতৈগী ধর্ম্মদি মখোয়গী পোকপগী লোইনয়রক্লবা ধর্ম্মনি। মখোয়না মীরৈবাকী ধর্ম্মবু য়াবমদে। মখোয়গী পাউরোলদা মীগী মতৌ তম্বা হত্তোই মরিন শুং শাংও অশুম্বা হায়। ধর্ম্ম কোবদি মচু তোয়গা মহৈ কংবা অচুম্বা খবকপু ধর্ম্ম হায়না কৌই।

মৈতৈ ধর্ম্মদি বৈজ্ঞানিক, দর্শণিক যুক্তিনা মচাক ওইংগা পুম্নাদা মুক্তম ওইদুনা শাগৎপনি। মখোয়না তাইবং পুম্বা শীং নত্তুনা মাইয়োক য়াখি। মৈতৈ পণ্ডিত শিদবুংশিংনা তৈখিবা বেদ মূলক, বিজ্ঞান, দর্শণ সাস্ত্র অমুদি তাইবং পাবা মী অমত্তা তৈতে। মৈতৈগী শিদবুংশিংদি বৈদিক ঋষিশিংগী শুরুনি। শিদবুংশিংনা চৎখিবা ধর্ম্মবু বেদ পুম্নমক্তা লৌদুনা চৎনি।

মেক যশাই হায়রগা পুম্নিংকী মচানবু খংনৈ। কুরু, যদু, ভরত, যজাতি অমসুং ইখ্বাকু বংশ হৌজিক থিবা ফংদে। মৈতৈগী মেক যশাইদি হৌজিক কাওবা লৈরি; থাড়া মুত্তে। মরম অসি-দগী তঃ ইকংপাবগী ইতিহাসকী মফমদা চাউথোক্লা লৈ। হৌজিক মখোয়বু মৈতৈ হায়না খংনরে। মৈতৈগী শাগৈ পুম্নমক মীপুম-তিংনা ইথোকই। মসি পায়রগা মৈতৈ জাতি অসি অমুক লেংই হায়বা ঐখোয়না খংবা ঙম্মী।

মণিপুৰ লৈবাকপু ঋগ, যজু, শ্যাম অৰ্থব বেদ পুম্বনা মুংশিবা কজবা ছন্দনা তোপ তোপ্পা হায়রুনা থাগৎলি। পুম্নমক অসিনা লৈবাক অসিবু প্ৰত্নোকোক অহাম্বা য়ুম, পৃথিবীগী নাত্তি লৈবাক লৈমগী থোইদো য়ুম অহাম্বা লৈবা য়ুম্ফাঙ্গ হায়বনা কৌই।

তাইবং শেম্বা ইবুধৌনা তাইবং শেমগে নিংঙ্গুনা লৈবাক অসিদা মাগী চিন্দগী পুয়া পুথোকখি। মফম অসিদা মুমিৎনা ইহান হাম্না থোকখি। মফম অসিদা সন্ধ্যা অহুমদা লাইয়াম্ব-শিংনা মুংতিগী তোপ তৌই। মফম অসিদা জ্ঞান পোকই, ধৰ্ম্ম কৌবা লাইগী মিৎ অনিথোক্লা ঙাল্লি। মতুংদা তাইবংদা চংঙ্গুনা ঙানখি। মফম অসি লাইয়াম্না থম্না লৈরম্মী। মফম অসি কুইরবা অরিবশিংগী অরিবা হায়না কৌই। অফবা য়াইফবা পাম্বা মী পুম্নমক্না অফবা থবক তৌরমদাইদা মাইকৈ অসোমদা ওন্দুনা মখোয়গী অনিংববু পাংথোকই। মরম অসিদগী মফম অসিবু নোংপোক অহম্বা কৌই।

মফম অসি স্বৰ্গগী অহাম্বা কোম্থোংনি। য়াইফ মুংঙাই তাম্বা লম্বেলগী অহম্বা কোম্থোংনি। মফম অসিদা যজ্ঞ ইহান হাম্না তৌখি। মতুংদা ভারত পুম্বদা শন্দাকখি। মৈবু ইড়াংপা জাতি ★ পালান্দবী কৌবা খুদম অসি শিজিন্নবা জাতি অদু মফম অসিদগী গৌথিবা জাতিনি। গুজরাতকী লৈবাক শেমগৎ

লৈঙাক্লোন

শাগৎপদা লৈবাক ভোবদা পালন্দবীগী খুদম অসি কোম্নুংগী থোংদা য়েক্লম্মী। খুদম অদু অথং - অহৈশিংনা নোংপোক মাইকৈদা শিক্তিন্নবা খুদম্মি হায়না লৌগনখি। রারী অসিদগী ঐখোয়না খংবা ভম্মী তাইবংমী মীওইবা জাতিগী থৌফম শাৎফম ধর্ম্ম, চাওখৎপা সভ্যতা শন্দোকপগা লোয়ননা মৈতৈনা খুন্দা-রম্মী হায়বা তাকই।

এশিয়াগী মোংপোক লমদগী স্নর্গী লাইবাওচেম্বা মী কাংবু কাংবু আরবকী মরুভূমি লাম্না চংলকখি। মখোয়বু লৈকংলাদা শাথোবা হায়না জর্জ্জ বেনার্দ শোনা হায়। মখোয়না ইয়ুরোপ্তা ঈশিং ঈচাওগুম্না চেনশিল্লকই। রাবী অসিদা হায়রিবসি মৈতৈ জাতিনা পৃথিবীদা মাগী জাতি, ধর্ম্ম, লৈবাক শন্দোকপা অদুবুনি। ঐখোয়না মতম কুইনা বাক্সনিত্তিদা মীথা পোনখিবদগী ঐখোয়গী ছৌফম শাৎফম কাউথখবননি। বেনার্দ শোগী রারীনা হায়রিবা হেলোই অসি মঙাং গুরুংগী মজা ইবেম্মা মিম্নু লৈমগী মথং মথং শাইওন তৌবা খ্বাইদগী নুংশিবা রারীনি।

গুরুনা তাইবং শেম্বা লোইরে। পৃথিবীদা মী শন্দোগ্রবা মীওইবগী লৈফম খুন্দাফম মশক খংনবা মচা নুপা সানামহীবু পৃথিবী কোয়না য়েংহনখি। মদুবু ঐখোয়না নোংখোং কোয়বা হায়না খংনৈ। সানামহীগী মচি ওইবা খোংচৎকী রাফম অদু

মণিপুর

খংলদুনা গুরুনা ভাইবং মীওইবা শন্দোক্লবা ধ্যান ভৌখি। গুরুনা লাইয়ামদা ঐনা মিৎ উইশিল্লিবা অসিনা হেক পাংথোকলকপদা উবা জীব অদুদা ঐগী ইচা মীসু থাজগনি হায়না পাওমেনখি। পাখংবনা গুরুগী বাশক থুগাঈনবা সানাগী হুই ওইনা গুরুনা মিৎ পাংথোক্লকপগা চপ মান্নবা গুরুগী মাংদা চংখি। গুরুনা মাগী বাশক থুংলদুনা লাইয়াম অমদি লাইগী মচাশিংদা ঐদি হায়রুবনিনা হায়দুনা সানাগী হুই অদুদা মঙ্গা ইবেম্মা মীসু থাজখি। মীসু সানাগী হুই অনিমক কোরি চফুদা হাপতুনা ইম্ফাল তুরেলদা থাদখি।

ইমা লৈমবেলনা গুরুনা ভম্মী হায়দুনা অমম্তা পোকচবী ইমোম্বু হুইদা থাজবদি গুরুগী য়াথং ককপদি ভমদে অদুবু ইচাগী খুজিল, সুংশিরবা ইচাগী শম্লাং থরা ককহৌ হায়দুনা লাইগী মচাশিংদা হায়বদগী পো নমদুনা শম্লাং থরা, খুজিল্ল থর কৌহৌই। মচাগী খুজিল, শম্লাং অদু পো নমইবা মীশক্লা সেবা চৎতুনা লৈবাক অসিগী ধর্ম্মগী থৌ পাংথোক্লে। পো নম্বা মীশকপু পাউনম শাগৈ হায়না ভাস ফাওবদা থংনৈ। পাওনম শাগৈ সুমিৎ অদুদগী লাইয়াম নমু ভাইবং অনিগী সেবা ভৌই হায়বদগী পাওনম মৈতৈগী ব্রাহ্মন শাগৈ ওইনৈ। অদুগুমদুনা খুরাইজমসু লাইগী সেবা চংকন্দুনা মৈতৈ ব্রাহ্মন শাগৈ ওইখি। ইমা

শিদবীনা সানামহীদা মচা ইবেম্মগী খোঙ্গুন লিহনখি। মীমু ইহান হাম্না গ্রীক্তা থুংখি হায়বা গ্রীকী হৌজিক লৈরিবা লৈশাবগী শাই ককপা অসিনা খুদম পী। পৃথিবীদা সুপীনা শাই ককপদি মৈতৈ লৈবাক্তা হৌদোকখিবনি।

ইমা লৈমরেলগী মাথং মতুং ইমা সানামহীনা লাইগী মচা-মশুশিং পুথুনা মচনগী খোঙ্গুল লিখি। লমখাংদা লৈহৌবা কাংবুনা লম লম অতুদা খুল্লিংহুনা লৈনখি। মসিনা পৃথিবীদা তাইবংমী শন্দোকপা অহানবনি।

মীমু লৈমগী রাথোক্ত যুম্ফম ওইরগা লৈবাক রাম্মেন সাসনগী অচুম অরানগী বিচারস্ত লাইয়ামশিংনা তাকপীরম্বা অসিনা অহাম্বনি। ইয়ুরোপকী অরিবা রারীদা স্বর্গদগী সুপা ১গা, সুপী ১গা লাক্তুনা তাইবং শিনবা থুংনা মী শন্দোকখি। মথোয়না পাথংবা, মীমু লৈমবু আদাম, এভ হায়না খংনখি।

মীমুনা লাইরৈবাক থাদোক্রুমদাইদা গুরুদা মপাম লৈবাক লাইরৈবাক্তা লাকচগে হায়জবদা গুরুনা ইচাগী করিস্ত রাজ্যে পৃথিবী অসি ইচাগীনি নংগী নচা নশুনা পৃথিবীগী নিংথৌ ওই-গনি। নংনা লাইরৈবাক্তা চংলক্রবদি পৃথিবীদা নংগী চংকম লৈরোই মফম অসিদা চংলকপা য়াদে পৃথিবী অসি নংগী থুদোন

অউন পোংনি। গুরুগী মাথং মকোকথক্তা হাপতুনা মীয়ু লাই-য়ামদগী থিদাই লৌখি। মীয়ুগী মচা-মশুশিংনা লাইরৈপাক তৌরকপা মতমদা গুরুগী শাগ্রা মাগী মচা-মশুশিংগী পৃথিবীদা লৈরম্বা নিংথৌ খুন্তম অমু মাংখি। লাইথাব মচা-মশুশিংনা নৈরোয়োরনগী য়াত্রী শিথুন মতুং ইন্না ভারততা লাকুনা অর্য্যাবর্ত্তদা নিংথৌ খুন্তম লিংখি। মীয়ুগী থোক্লকন শিথিবা মীশিংবু অর্য্য জাতি হায়না খংনখি।

অতিংকোক গুরু শিদবগী লাংলোন মপুং ফানবা লুরাং গুরু শানকবগী মতা ইবুঙো পোইরৈতোন্না গুরুগী মাথং লূপা থোং নোংপোক মাংকৈ ভন্না নমু তাইবং মী শক্লোকপা চংখি। মসিবু মৈতৈ বাহৈদা পোইরৈতোন খুম্নোকপা হায়না খংনৈ। চিন জাতিনা থাবল করবা অহিংদা লৈচিন নোংকাই থাংবা উবগা লৈশি লৈথোন্না ইঙাং পুজা তৌই।

পোইরৈতোনগী কাংবুনা মকম অমত্তদা লৈবমদে। মথোয়না মতম থর লৈরম্বগা মী কাংবু কাংবু পুহনা খুন্দাখি। মতৌ অমুম্না পাক চাউরবা এশিয়াগী লমদমশিংদা চাদা-নাউদা পীরম্বগা অষ্ট্রীয়া হঙ্গেরী, বোহেমিয়া ফাওবা পাক শন্না খুন্দাখি। পোইরৈতোন্না চাদা-নাউদা পীবা মীশকী কাংবুবু হৌজিক ঐথোয়না মঙোল জাতি হায়না খংনৈ।

মঙাং, নুঙাং শুরু অনিগী মথৌ পাংথোকপা উরহনা খুমন শুরু মচা ইবেম্মদা লাংগোই শগোল তোংন্দুনা নোংচুপ পাংনা লাইরাম পুষ্টনা চংথি। মচা ইবেম্মা আফ্রিকাগী ইঙ্গুা খুংলবা মতুংদা মৌংশাগী রূপ লৌথি, অদুগা কোক্লা ইবেম্মগী কোক পাম্লি। আফ্রিকা খুমন শুরুগী চাদা-নাউদানি। ইবেম্মগী মূর্ত্তি কৌজিক কাওবা মথোমগী পিরাামিদতা চেকশিল্লা ভাক শেন্দুনা লৈরি।

পরমেশ্বর নত্রগা পরমাত্মা ধ্যান্না উবা রারী শান্নবা ঙমখ্রবা খিস্তা মন্নুনা ভাকপীরম্মী। লাইরৈবাকী মাইকৈ ঙাকপা লাইরাম্মা লম লম খুদিংগী ধর্ম্মগী অবতার হেক হেক তৌই। কাটমণ্ডুদা মাইকৈ ঙাকপা চীংগু মারজিংনা গৌতম ওইনা পোক্নুনা অবতার তৌথি। পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুম্নমক মাইকৈ ঙাকপা লাইরাম্মা নমু-তাইবং মীনা মপোক লাংলোন খুদিংদা অরান খুভম কংনবা পু-থোক্লম্মা অথোইবা লাইগী পাউভাক ঙাকনি। মরম অসিদগী মণিপুরবু হৌবা, লোইবা, লোম্বা হায়না লাইয়াম্মা থোল্লম্মা মিংথৈনি।

থাইনা মৈতৈনা চাওথংলম্মা অত্র মতম কুইনা লৈখিদে। মসিগী মরমদি লম্মী থোং ফত্তবনা মরম ওইদুনা অকক্নবা মকম থরদগী হেন্না পাকথোক শন্দোকপা ঙমখিদে। চাওথংপা মীশিং রামদবা কাংবুবু চাওপত্তবা মীশিং রাম্বা কাংবুনা দেশকী ধর্ম্ম,

ইতিহাস মাংহল্লি। খাইনগী সভ্যতাদি লময়েক তাৱৰগুমই। অকথা ঈচেল অহুগী মপুংদা মী খৱতনা মকোক ওই। মরম অসিনা শোথংহোবা মী কাংলুপ্পা অকথা সভ্যতাগী থাক অদু মী-য়ামগা মায়ুম্বা মীকুপ খৱদা নমথখি। চৌঙ্গিক মতমদা চাওখত্তবা মীশিং য়ামত্রে। মথোয় অতৎপা লৈতনা চাওখৎপা কাংবুগা থাক মায়নবা হোৎন'মই।

সভ্যতাবু মরুওইনা য়োকইবদি লাইব্রিকনি। লাইব্রিকশিং অদুদা মাওরিবা য়াখল লিচিং অদু লেংদ.1 লৈ, মদু পাকথোক শক্লোরকই। খ্বাইদগী মরুওইবা অমনা লৈবাক অসিগী হোৱা পুংশিৎ য়ায়া শাই। মরম অসিদগী লাইব্রিকশিং অদু লৈশো অমদি তিয়া চিঙ্কুনা মতম কুইনা লেংদনা থম্বা য়াদে। লাইব্রিক লৈতবা, রেকোর্ড লৈতবা মফমদা সাহিত্যসু লৈতে। মীবোল অমগী জ্ঞানগী য়াখলশিং অদু চীয় হায়দনা কুপ্পা য়ারী ওইনা মীবোল অমগী মতুংদা মথং মথং শক্লোকপা ঙম্মী। লাইব্রিক লৈতবা অসিনা চাওখৎপগী লময়েক তাৱবা অমদি সভ্যতা ফংবদা ঐথে য়দা য়ায়া খুদোংথি।

মহৈ হৈতবা মীশক্লা লাইব্রিক লৈরবসু মদু পাবা খোকত্র-বদি লাইব্রিকী কারবা ফংদে। মরম কয়া অসিদগী ঐখোয়না থংবা ঙম্মী লাইব্রিকসু লৈতবা লৈরিবা খৱ অদুসু পাবা খোজ্জে

অহল লম্মন্দগী নৈগ্নেপুং য়াৱী ওইনা মীয়ু লৈমগী য়াৱী তাম্ব। মৈতৈগী সাহিত্য অমসুং অহৈশিংনা মৈতৈ লাইম্বিককী য়াৱী লিপুন য়াম্না থাক য়াংই হায়না হায়নরিবা অসিমক ঐখোয়গী লেংত্রবা চাওখৎলগনী খুদম খরনি। মরম কয়ামুক অসিদগী সেন্ট জ্বান অসেম্বা য়াৱী নত্তে।

"An old man says that he who tells the truth is aure to be hanged" মখন্ন অসিদা পল্লিবা old man অসি্ গুরুবুনি। গুরুনা হয়েং কলি কোবা য়ুগতা অশেংবা হায়বা ঙাংবা মীশক অৱাবা ফংগনি হায়না মাগী মচা মগুশিংদা তাক্লগা য়াহৈনি। সেন্ট জ্বান কলি য়ুগকী মীয়ু লৈমগী শাই ওম্নি। মীয়ু লৈমনা লৈবাক অসিদা লৈরিঙৈগী মতম অদুবু হংক কৌই। মতম অসিদা লৈবাক অসি লাইয়াম্না চোম্ন লৈ হায়তুনা লাইবৈবাক কৌই। বেনার্দশোনা heaven state হায়না হায়রিবা অসি ঐখোয়গী পোক্নফম অসিনি।

চহি ৩০০০গী মমাংদা দেশ অসিদা মহৈ হৈবা মীশক লৈরম্মী মখোয়গী মীশিং য়ামদে। হৌজিক্তি ঐখোয়না খংলে মহৈ হৈবা মীশিং য়ামদে। মীশিং য়ামদবা অশিংবা লৈভাকপশিংনা ইতিহাস ধর্ম্ম অনিমক মসুং মপান ফাওনা য়াংহল্লি। অমুকা মীওইবা জাতিবু ভস্তুনা ওৎ নৈ। মসিগী মরম অশিংবনা অতৈনা খংদবা

হীরধ কয়া মখোয়না থংই। শক্তিগী মহৈ মশিংগী খুমাং চাও-শিনখিবা মরম্না মৈতৈ জাতিগী লিরবা পৃথিবীদা মিংচৎ লৈরম্বা পুম্নমক মতম্না পুদুনা রারী লিখুনম্ম মাংখি।

অঙোম মলাইগী পুকোক পুরৈরোম্বনা মী কাংবু কাংবু পুদুনা ভারতকী অয়াম্বা মফমদা লৈবাক শন্দোকখি। মতম অদুদা মীওইবা জাতিগী সভ্যতা লৌউবগী বিদ্যা শন্দোকখি। মখোয়না পঞ্জাবতা থুংবা মতমদা মফম অদুদা লৈরম্বা মীশিংনা নখোয় কনানো করি লমদগী লাকপনো হংখি। মখোয়না কুরুম মচিথেম্দগী লাকপা ঐনি হায়। মতম অসিদা পঞ্জাবতা নিংথৌ পাল্লমদে। মখোয়না পাথংবা ওইরথোই নিংখি। পুরৈরোম্বগী মীশিংনা পাথংবনি হায়নিংখি। পুরৈরোম্বনা লাইরম্বেন্দা কায় থংদুনা অঙোম মলাইনি চন্দ্রবংশনি হায়। মখোয়গী লৌউ বিদ্যাদা শিজিন্নবা রাহৈ অর তিতি ঐ হায়বা অসিদগী পুরৈ-রোম্বগী ধারানা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা কুরুমদগী লৌদুনা কুরু শাগৈ হায়না থংনখি। পৃথিবীগী লোন অতৈদা অর্ ধাতু লৈতে।

অঙোমশিংনা মতিক মথৌনা চাওরকুনা নিংথৌজাগী মথক্তা লান্দ্মরকপদা নিংথৌজানা অঙোম পুম্নমক কোয়না থিদুনা হাংখি। মতুংদা মখোয় লৈবাক অসি থাদোকুনা আসামদা লোংখি। মৈতৈনা আসাম থৌনা ভানখি। মখোয়না আসামদা থুংবা

মতমদা অঙোমগী শক্তি ৱাৎপদগী ঐখোয় অঙোম নত্তে অহোম জাতিনি হায় । মৈতৈনা কিরক্তুনা হায়বনি হায়বা থংলদনা ময়াল ঙাকপীখি । মুমিৎ অসিদগী হৌনা অঙোম্না পাক শম্না আসামদা খুন্দাখি । ময়ম অসিনা অহোম জাতি অঙোম যলাইগী কাংবুনি ।

মৈতৈ জাতিনা মতম পুম্নমক্তা মী কাংবু কাংবু পুক্তুনা লৈবাক-মচা-ভাবা লৈবাক অসিগী বিদ্যা শন্দোকপগা লোয়নলা ৱাজ্যস্থ শন্দোকখি । মখোয়না তেখাও, কুচু বিহার, পাঁঠান, খাগি পোংদা খুন্দাখি । নিংথৌ কাংবগী মচা ৯ গী মনুংদা মচানুপা ৬ তি যলাই ৭ ডগী য়ুম্নাক কয়া খোম্দনা মী ভাদবা লমদা মনীংতম্না নিংথৌ ওইকনবা চৎখি । মখোয় অচু মথকী লমশিং অসিদা পানখি । মসিনা ময়াই ওইবা য়ুগকী মণিপুরগী সভ্যতা শন্দোকপগী নিংশিংবদা মতিক চারবা খুদম্নি ।

---

# অনিশুবা শরুক

## লৈঙাক্লোনগী অশংবা বারী

মৈদিংঙু নাউথিংখোং মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌ-রেলশিংগী, মরক্তা শিংথানবা অমনি। নিংথৌরেলনা নোংচুপ দেশকী হিন্দু নিংথৌরেলগী মচানুপী লৌরম্মী। মহারাণী অসি ময়াং লৈমা চৌঙ রেম্বী হায়না খংবৈ। মহাক্না মৈতৈ লৈবাক্তা লাকপা মতমদা মহাকী গুরু, মাগী সেবা তৌবা, শিনফম কয়াগী মী লোয়নরকখি। মখোয়গী মরক্তা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশক য়াওখি।

নাওথিংখোং দ্বীগ বিজয়ীনি। মহাক্না নোংপোক নিংথৌ শ্যামলুং মাইথিবা পীতুনা পোং লৈবাক লৌখি। লান্দ কারকপা লানফাশিং ইম্ফাল নোংপোক্তা থমখি। মখোয়গী লৈফম্মু পোং-ইংখোল হায়না খংবৈ।

মহারাণী চৌঙুরেম্বী লোৌবদগী মৈতৈ লৈবাকী খুৎনা শাবা পোৎ-চৈ, ফি-রোন লৈবাক অনিগী নিংথৌশিংনা ললোন ইতিক্তা মরি লৈননা দেশ অনি তেংবাংনখি। মহারাণীনা লৈবাক

অসিগী অহৈ - অশিং খুৎশা হৈবা, ঈশৈ - নোংমাইগী ওঝা ওই-নবা মপাম কোম্নুংদা থাজ্নুনা মৈতৈগী বিদ্যা শন্দোকখি। নোংচুপ লমগী মীশিংনা মণিপুরবু স্বর্গ কৌই। নিংথৌরেলগী মচান্নুপী লৈথিবা অসিদা স্বর্গ লৈবাক জয় তৌরে হায়। মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক মিথিলা দেশ হায়না খংনৈ। মহারাণীগা লোই-নরকপা ব্রাহ্মনশিংনা ধর্ম্ম শন্দোক্নবা মহারাণীদা কন্না ভকশিনখি। মখোয়না মৈতৈলোন খংনবা মহৈ তমখি। লোন হৈরবা মতুংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরুওইবা লাইরিক কয়া পাথ তৌখি। মখোয়না মৈতৈ ধর্ম্ম মাংনবা তৌরে হায়বা শগুলেন মরুশিংনা খংলক্নুনা ধর্ম্মগী মিংদা লৈবাক অসি হিন্দু নিংথৌনা লৌখিদৌরে হায়না নিংথৌরেলদা খংহনখি। শগুলেন মরু, লৈবাককী অগুম্বশিংদা নিংথৌ রাণী অনিনা লৈবাক রাথোক ওইহনগনু হায়না মাইকৈ অনিদা থেমখি। অশেংবমক্তি বেদগী হৌরকফম লাইরৈবাক জয় তৌবা ওয়্রবদি হায়না হিন্দু নিংথৌনা য়াম্না খোইরাংখি।

নিপানশুবা শকাব্দদা চহি ৩০০ খরা হেন্না ইন্দো-চিন্দা তো-ঙান তোঙাম্বা হিন্দু লৈবাক অহুম লৈরম্মী। মাপনশুবা শকাব্দদা যশোব্রহ্মণ কৌবা অকম্বা লৈঙাকপা অমা হৌরক্লম্মী। মহারাজা লৈবাকশিং অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা অচৌবা রাজ্য অমা শিংখি। নিংথৌ অসিনা এনকোরদা কোম্নুং শাখি। যশো-

ব্রহ্মণনা শাবা লোইমবা শরুক অহু মাগী মহুৎ শিনহৌবশিংনা লোইশিনবি। সহর অসি সিজরনা রোমদা পাম্বা মতমদা লৈরম্বা ঙাশিংদগী হেল্লি। সহর অসিগী মনাক্তা এনকোর ভাট লৈ। চোল্লা নিংথৌরেল রাজেন্দ্র ২য় ভারতকী বাংমদা মতিক মথৌনা লৈবা শ্রীবিজয়াবা লুচিংদুনা নোংপোক লম সিলোন, শিঙ্গাপুর, সুমাত্রা, মালয়, বোর্নীও, ফিলিপিন, সেলেবিজ, ফোর্মোসা অসিনচিংবা দেশশিংদা ললোন ইতিকা মরি লৈনবা লৈবাক লৌশিন্দুনা ধর্ম শন্দোকখি। শ্রীবিজয়া শকাব্দ ১১ কাওবা পাল্লম্মী।

মণিপুরদা মৈদিংঙু খোংতেকচানা পাল্লিদৈঙদা ভীমপাল, ব্রহ্মা পাল জেনেরেল অনিনা মণিপুর লৌবা লাকখি। ভীমপাল ব্রর্ম্মাগী নিংথৌনি। ব্রহ্মাপালনা মণিপুর য়োরকপা মতমদা অসুকী মতিক তমথিবা লানফম অমা ওইখি। নিংথৌ মচানিতবু হায়রবদি হাৎলম্মী। তমথিবা মীহাৎ অসিনা মকম অসি যম পুর হায়না খংনখি।

United front co-ordinating action committee.

যলাই নিংথৌশিং পুনশিল্লে। প্রজা পুম্নমক লৈদুংদা লোৎলে। মৈদিংঙু খোংতেকচাগী লিচিং মথাদা থাক মাম্ননা লৈমিন্নদুনা মৈতৈ লাম্মীশিংনা য়েরুবগী থোং থিংল্লে। মপান্দগী লাকপা চিঙ্খাক লাম্মী পুম্নমক খিংদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈজবা

মীশিংদগী মেথা লান্মী পূম্নমক অমত্তা থাকুনা হাংলে। লানকম অসি চহি ১১ চুম শোরখি। অসুক মতম শাংনা শোক্লবা লানকম অমা পৃথিবীগী ইতিহাসতা অতাংবনি। লানকম অসি খৃঃ গী তুং শোক ১৭৬৩ দা থোকখিবনি। মৈদিংঙু থোংতেকচাগী মরুপ মদথর দেশকী নিংথৌ নীলধ্বজনা লানকম অসিদা মতেং পাংখি। লান হেক লোইবগা মৈদিংঙু থোংতেকচা শিখি। ফ্রন্টকী কাম্নবা থংহুনা মলাই ৫ দি নিংথৌজা পীবাগী লিচিং মথাদা থাক মাম্নবা পুলি সুংশাংনা লৈখি। মোইরাং ১ দি খুমন মলাই অনিদি হাম্নগী মতৌঙুম্না লৈরুগে হায়নবদগী অমুক লৈহনখি।

মৈদিংঙু লোয়াম্বা

মৈদিংঙু লোয়াম্বা শোক ১০৭৪ দা মণিপুরগী নিংথৌরেল ওইখি। মহাক্না লৈবাক অসিদা ধর্ম্মগী রাথোক অমুক হননা থোক্তনবা ইনৌ নৌবা লৈবাক রায়েন পথাপ অমা পুথোকখি। মহাক্না পুথোকখিবা রায়েন অসিনা মবুথৌ পার্থংবগী মতমদা চৌংগী নিংথৌশিংগা লৈনম্নখা মরি অচু অমুক নৌনা মড়া চেৎহনখি।

নিংথৌরেল লোয়াম্বনা চৌং তম অনিগী লুচিংবশিং কৌহনা লৈবাক অসিগী চাওখৎ থৌরাংগী মরমদা থম - নৈনবা অচৌবা সভা অমা ফমখি। মহাক্না লানগী মাং - তাকপা, চাওখৎপা

থিনবা লানগী অকিথা বাকম কয়া ভোয়না থোকপা পনন্থুনা লুচিংবশিংদা মৈহৌরোনগী নিংথৌ পোং ১০ গী রায়েন সাসন কয়া পনথি।

চৌংশেম্বা অঙম্বশিংগী সভানা লৈবাক-মচা ভাবা অশিংবগী বাহৌদোক অদু থাগৎখি। নিংথৌরেলনা লৈবাক মড়া চেংনা য়ুম্বাল-কৈবাল্, শেল-থুম চাওখৎপা অকম্বা লৈবাক অমগী লুচিংবগী লিচিং মথাদা পুম্ন লৈমিন্নবা হায়জবা অদু পুন্নমক্কা পেম্নখি। মহাক্না চৌং-ভম অনিগী মরুপ মপাং ওইবগী মুংশিনবা মপুংফানা ফোংদোকখি।

নিংথৌনা ধর্ম্মদা নিংভম্বা ভক্সবা মপান্দগী লাকপা মীশিংবু অমদি মীভোপ চংলকপা য়ানবা নিয়ম কয়া পুথোকখি। মপানগী মীয়ামনা মশানা য়ারবদি জৌন-লৈনবগী পুক্কিং থোগৎখি। মপানগী মীশিংনা পুকচেল শেংনা মৈত্তৈ নিংথৌগী মকমদা রাজ-ভক্তি লৈবা লৈবাক অসিগী চাওখৎ থৌরাংদা মথৌদাং য়াহনখি।

মখোয় মখোয়গী মরোম্দা লৈবাক অসিগী রায়েন পথাপ অনুবাদ তৌহন্দুনা মাগী মাগী দেশতা শন্দোকহনখি। হায়বা ইনবা, মতিক মথৌনা লৈবা, হোৎনবা কম্বা, মহৈ হৈবশিংদি মকম চাওনা পীরম্মী। লোয়াম্বা মতিক মথৌনা লৈবা, লৌশিং শিংবা

তুংগী য়াম্না উবা, অদ্রি অনৌ অনিগী শক্তাইনখিবা থ্নাইদগী চাওবা নিংথৌশিংগী মন্নুংদা অমনি ।

পৃথিবীদা লৈত্রিবা লৈবাক বায়েল পাথাপ পুথোকপা অসিদা অমুক হেন্না হিন্দু নিংথৌশিংনা লৈবাক অসি পামখি । অহুম ওইনমক লানগী মহুত্তা শান্তিগী লমজিং' শেল থুম, লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা শান্তিদা মরি লৈননা পানমিন্ননবা পুথোকপা নিংথৌরেলগী বায়েল পথাপ অসিনা লান্দাবদা অথিংবা পীরম্মী ।

ভারত্তা হিন্দু নিংথৌরেল সেন শাগৈনা পান্বা মতমদা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাখি । অসাম বড়বেত্তাগী ভোর্ব্বান্দা লানফম ১৭/১৮ লক শোক্লবদা মৈতৈনা জয় ওৎখি । মতম অসি মৈদিংগু কোংয়াম্বনা পাল্লমই । লানফম অ সদা জেনেরেল অনি কারম্মী । লানফম অসিদা হিন্দু নিংথৌগী বৃগেড ১৭/১৮ লোইশিনখি । পৃথিবীগী ইতিকারশিং ভারত্তা লাকখি । লানফম অসিদগী হৌনা নোংচুপ লৈবাক্তা মরি লৈনবা অমুক হৌখি ।

পৃথিবীগী য়াইভোংবশিংনা ব্রহ্মপুত্রনা কোম্বা লৈবাকশিং মৈতৈ নিংথৌরেলগী ওইহনখি । য়াইভোংবশিংনা সাখি ওইদুনা লৈবাক অনিগী নিংথৌশিং সন্ধি ভৌনখি । সন্ধিগী বারেপ পত্র কংলাদা ফুমখি ।

মৈতৈ লাম্বোং অসিদা মোংচুপকী লৈবাক হায়বদি তাকা, অসাময়গী নিংথৌ পাম্বা লৈবাকশিং লান তৌদনা মৈতৈ লৈবাকা মরি লৈনখি। মখোয়গী রাজধানিদা মৈতৈ নিংথৌনা বাজত্ব থম্বা ঙৌখি। মরম অসিদগী তাকা অমম্তুং অসামদা মৈতৈগী রাজধানি কৌজিক খাওবা লৈরিবা অসিনি। লেশশিং অসিদা কুতনিত্তিগী মী থমখি ৯ চহি ৫৮০ গুরে।

লৈবাকশিং অসিনা মযিংতা ওইনা চহিগী খুদোনপোৎ পী। মৈতৈ নিংথৌনা মীং-তম্বগি কাম্বা মতুগী অর্থ শন্দোক্লা তাক্লবা মনিপুরগী বায়েন পথাপ মখোয়গী লৈবাকশিংদা চৎনতুনা মোং-পোক লমগী মপাঙ্গল কম্বা লৈবাক অমা শেম্বা অসামগী নিংথৌ-শিংদা হায়খি। নিংথৌরেলনা মমাংদৈগী মতৌঙুম্বা নিংথৌগী মনীং তম্বা কাইনন্দনা থম্বা অতুগা শা - লান থোকপা মতমদা পুম্না মাইয়োক য়াত্নুনা পানমিন্নবা মনীং-তম্বা লৈবাক লিংহনখি। অশেংবমক ঐখোয়গী লৈঙাক্লোন লম কম্বা য়াদে। নিংথৌনা লানফাশিংদা মখোয়গী মরোন্দা মৈতৈগী লৈঙাক্লোন ইথোকহন্দুনা ফম চাউনা পীরম্মী।

মণিপুরগী বায়েন পথাপ শোক ১০৭৪---১১২১গী মমুংদা ইখি।
আমেরিকা শোক ১৭৮৮ দা পুথোকখি।
সুইজরলেণ্ড শোক ১৮৭৪ দা পুথোকখি।

বৃটেন শোক ১৬৮৮ দা থম্নখি পুখোকখিদে।
রুশিয়া শোক ১৯৩৬ তা পুখোকখি।
চিন শোক ১৯৫১ দা পুখোকখি।

নিংথৌরেল লোয়াম্বনা অরিবা যুগ লোইশিন্দুনা অনৌবা যুগ অমা শেমদুনা নিংথৌগী পোকপদগী লোইনংকুবা শক্তি পুম্বা থাদোক্তুনা প্রজাদা শিন্নখি। মীরৈবাক্কা চাংদম্নদনা য়েংবদা থৌরাং অসি থ্বাইদগী চম্বা অমনি। নিয়ম অসিনা নিংথৌগী খুবমদং লেংদনা থম্নগা সাসনগী ভার পুম্নমক সভাদা পীরম্মী।

---

# অহুমশুবা শরুক

অহোংবগী কান্নবা—

লৈবাক রায়েনগী মওং মতৌ

অনৌবা রায়েন পথাপ অসিনা চীং - তমগী মরক্তা লৈবা প্রজাগী ফিরেপ, প্রজা মশেল অমগা অমগা থাক মান্নবা চৎমিন্ন-

হৰা অসিদা প্ৰজাগী কিৰেপ অহোংবা কয়া পুৱকখি। ৱায়েন পথাপ অসিনা পুন্দুনা চৌং - ভম প্ৰজা অনিগী মৱক্তা য়েংথিনবা কোকহনখি ।

অশেংবমক অপুম্বা লৈবাক অসিগী নীং তম্বা, ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা নিংথৌ খুবমগী য়েংথিনবা, পুক্নিংগী চিংনবা লৈবম্বা ৱায়েন অসিনা কোকহনখি। মতম কুইনা লাম্হেংনবগী মহুত্তা চৌং - ভম অনিগী মমাংঙৈদগী লৈৱকপা মমাংঙৈদা অমুক্তা থোক খিত্রিবা লুচিংবশিং থাক মাম্নবা লৈমিন্নখি। নিংথৌগী শক্তি প্ৰজাগী ফি.ৱপ লোইন হোংখি। ৱায়েন পথাপ অসিনা নিংথৌ পাম্বগী অৱা বা থাক্তা চংশিনখি। চৌং - ভম মকুপ মপাং ওইনা লৈমিন্নবগী লমজিংবা ঢা ৱন পথাপ্পা নিংথৌশিংগী মৱক্তসু নিংথৌ পাম্বা অকনবা লৈবাক অমা শেম্বগী লমজিংসু পী।

ৱায়েন পথাপ অসিগী ৱাহোদোক্তা আইনগা প্ৰজাগা মৱি লৈনবা অদুগা নিংথৌ অমদি প্ৰজাশিংনা মতৌ কৱম্না মাংজিন থানা চৎলগা লৈবাকী চাওখৎপা পুৱকদগে হায়বা শম্না হায়দুনা থিন্দুনা তাকই। চৌং - ভমগী নিংথৌ অমদি প্ৰজাশিংনা ৱাজ-নিতিগী অনৌবা য়াওন্‌ চেকশিন্না য়েংশিনখি।

২। আইনগী কৌফম ৱায়েন পথাপকী মক নত্তে —

ৱায়েন পথাপ অসিনা আইন্ন পীব শক্তিগী ৱাখল তৌদে। অদুম্বদি ওইবগা মাসগী হৌৱকফম অদুদি য়াই। আইন্দা য়ুম্ফম

ওইরবা রায়েন, সরকারনা লৈবাক্কী থবক পাম্নথৎপদা সরকারনা মতু অচুম্বনি হায়না তৌগনি। অম্পাক্কী রাজনিতি নিতি চুক্তি রায়েন পথাপ্পা মপুংফাবা চাম্মিন পী। প্রজানা লান্বু শক্তিগী ভাংনি হায়না লৌহল্লি। মীওইবা জাতিগী য়ুম্বাল কৈবাল শেল • থুমগী খুমাং চাউশিনবনা প্রজাগী তৌপদবা মথৌনি লৌই। শক্তিগী ফত্তবা অদুদি ইতিহাসতা অতুমক লৈতৌই। মরম অসিনা আইনগী হৌফম রায়েন পথাপকী মরু নত্তে।

৩। তোঙান্ তোঙান্বা জাতিগী লৈবাক —

আইনগী হৌফম রায়েন পথাপ্পা চীং - তম নিংথৌ লৈবাক্তা লৈবা প্রজাশিং হীরম পুন্নমক্তা পরিবার অমগুম্বা পুন্নে লৈবাক শন্দোকপগী মাইয়োক্তা শান্তি ওইনা তিন্নদুনা তপ্না তপ্না হোংবা অপুন্বা জাতি অমা ওইরে হায়না লাওথোকই। জাতি তিন্ন-দবশিংগী মরক্তা লৈবাক্কী য়েক্নবা থবক তৌব, মকোক থোংবা জাতি নত্রগা মফম অমগী নিতি চুক্তিগী মাইয়োক্তা জাৎ বিজাৎ খায়দনা রায়েন পথাপ্পা প্রজা পুম্বা পুম মাইয়োক্নহল্লি

য়ুম্বাল কৈবাল, শেল থুম, শিক্ষা, অব্যাস চাউখৎহনবগা লোইননা জাতি তিন্নদবা প্রকাশিংগী মরক্তা পুক্নিং থোগৎপা মশা কাম্নহনবা, থোইদোকপা লমচৎ প্রজানা মপু ওইবা নিংথৌ

*কৈশা লৈবাক অমগী আইনগী হৌফম পথাপ অসিনা জামিন

পী। থাক মায়না লৈবা প্রজাগী লাইরিক কোংনা ভাংনিংবা বা ভাংবা, মশাগী লমচৎ শাজৎ মনীং তৌনা কোংখদা লৈবাকী অকাইবা লৈরবদি আইরা থিংই।

জাতি তিয়দবা মীয়ায়া লৈবাক অমগী নিংথৌগী মথাদা নাঁং তন্না লৈবা য়াই।

৪। মীয়ায়া পাম্বা লৈবাক —

হয়াচকী মতমদা অতোং নিংথৌ পুথিবনা লৌ উবা বিত্তা তৌদোকখি। তাইবং চিঙ্গাক অথোইবা লৌউ বিত্তা অসি মীয়ায়া পায়া শিজিন্নখি। বিজ্ঞান অসিনা মরম ওইরদুনা মীশিং য়াম্বা লৌমী শিন্মীগী লুচিংবা কাংবুনা লৈবাক অসি শেমগৎ-শাগৎপদা বিজ্ঞান অসিদা য়ুক্ষম ওইরৈ।

মমাংতৈদগী চৎনরক্লবা নিয়ম থরগী মথাদা প্রজানা থনবা নিংথৌ পাম্বা লৈবাক লৈংই। নিয়ম থরনা নিংথৌগী ওৎ-নৈবা থিংদুনা অতোপ্পা প্রজাগী ফিবম লৈতারল্লি। মতুংদা মীয়ামগী লমচৎ শান্দৎ থৌগৎতুনা অহৈংবা সমাজ অমা শেমখি। মতৌ অসুম্না কাংলুপ থাইদবা মীয়ামগী সমাজ লিংবদা পুক্নিং থৌগৎলি।

লৈবাক অসিগী মীশিং য়াম্বা প্রজানা নিংথৌদা রাজ ভক্তি লৈনা খুৎশম্বনা চৎমিন্নৈ। মথোয়না অতোপ্পা জাতিগী নক্রগা

অতৈ নিংথৌশিংনা লৈবাক অসিদা লান্দাহুনা ওৎ-নৈবগী অরাবা কোক্ষবা পুম্না লেপমিন্নে। মরম অসিদগী নিংথৌনা মনীংতম্বদগী লৈবাক্তা নিং তম্না নিংথৌ শেমগৎতুনা মীয়াম্না পাম্বা লৈবাক লিংই।

৫। মীয়াম সমাজ শেমগৎপা —

লৈবাক অসিগী রায়েন পথাপ অসিনা অরিবা যুগ লোই-শিন্দুনা অনৌবা অওবা সমাজ অমা হৌনা পুরক্কুনা লৈবাক প্রজা পুম্নমক মথৌদা পুক্লিং চংফল্লি। লৈবাক অসিগী মরুওইবা শিনফম লল্লোন ইতিক, খুৎ-শা হৈবগী থবক, পোৎচৈ শাবগী বিদ্যানা সমাজগী পুরিং চিংশিনবগুম্ব লৌউ বিজ্ঞান্দসু পুক্নিং চিংশিংহনখি।

রায়েন পথাপকী হাহৌদোক্লা লৈবাক অমগী হকচাং কয়াৎ ওইরিবা সমাজদা ওৎ-নৈবা লৈতনা লেংদনা থয়বা হায়। প্রজা-শিংনা প্রজাগী মরক্তা মপুং মপান ফাওনা প্রজানা মপু ওইবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইনবগী মরমসু তাকই। লৈবাক্কী অওম্বশিংনা মতিক চাবা, অকনবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইনবা মহৈ মশিং বিদ্যা হৈবা মীশক অখং অহৈশিংগী পাউতাক পীবী-নবা লাউথোকই।

৬। পোৎথোক্কী উপাইমা মপু ওইবা —

য়ুম্থাল-কৈরাল, শেল থুম চাউথৎলবা পোৎথোক খরগী হায়রদি খোনিদী পোৎ, ঈশিং মপূং-মরৈ কাবা লম অসিগুম্বা পোৎকী মপু, সমাজগী লমচৎ-শাজৎ শেমগৎপগী লমচৎ চেন্নবা; মপুম ওইনা প্রজানা মপু ওইনবা নিয়ম শেম্মী। পোৎথোক্কী পান-দমকম শোইদনবস্থু আইন্না কোন্দুনা থম্মী। থবক শুবা কাংবুনা সমাজগী লিচৎ শাজৎ পুন্না শেমগৎনবা মথোয় মশেল জেংবাং-মিন্নবা কেন্দ্র মচা মগা লিংই।

লোমী খুৎনাইবা মীশক্না মশাগী সম্পতি লেপতুনা সমাজগী লমচৎ শেম্বদা উপাই ওইরিবা মখোয়গী শিনফম্ব প্রজানা ইকাই খুম্নবা থোগৎলি। সরকারনা মহৈ মরোং য়াম্না পুথোক্নবা, প্রজা মশেল জেংবাংনবা কৈথেল মচা মচা লিংনবা জেংবাংস্থু পী। মতৌ অস্থুম্না খুৎনাইবা, লোমী নত্তবা মীশকস্থু পোৎকী মপু ওইনব রায়েল্লিবা মীশক্না আইন শেম্মী।

৭। সম্পতিগী অচুম্বা —

পোৎথোক্না মপু ওইহনবা অচুম্বা রায়েন পথাপকী থৌরাং, নিয়ম অসিনা শীন্মীগী মরম্নাই সম্পতি লেপ্প, শেল তুংশিনবা য়াই। শেল তানবা মরম্নাই ময়ুম মকৈ লিংবা ওম্নবা, প্রজাগী

পুন্সি ঙাক্ল-শেম্নবা সরকারগী আইন শেম্মী। কনাগুম্বা মীশক্লা মরম্নাই হেন্নোক্লা লম কনশিনবা সরকারনা প্রজাগী য়াইফ থৌরাং পায়খৎপা মতমদা অমুক লৌশিনবা য়াই।

৮। লম থুম চেকশিন্নবা থৌরাং —

সমাজগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎপদা চংবা মচাক মথুম দরংকার লৈবা মাইপুনমা পীনবা রাখ্নন পথাপ অসিনা মাংজোননা থৌরাং তৌদনা ব্যাথা তৌই। অসুম্না শিক্ষাগী হৌরমদা প্রজাগী পুন্সি নিং-তম্বগা লোয়ননা সরকারনা চউখৎ থৌরাংগী হৌরম পুম্নমক চাউনা ঙাক শেল্লি।

ঈকং থোকপা নত্রগা ঈচাউনগী মহৈ মরোং মাংবা অমদি ঈশিংগী অকি-অথং থোক্লনবা লৈবাক মরা চেৎনা পানবা ঙম্নবা তুরেল মবিন তেংবা, খো' তৌবা, লম্বী থোং শেমগৎতুনা প্রজা সুংঙাইনবা থৌবাংস্থ তৌই। খুদম :— তাওাথংমাং, অয়াংবা, পাইখোম্বা নিংথৌশিংনা হৌবম অসিদা পুক্লিং চংখি। খুম্মোইনতোম্পোক্লা পানবা মতমদা মরু তাক্লপা মরিংবা, ললহা ঙম্বা অনিনা খোনীগী হী—য়াই, মথোয়গী লৈকম নংদা ইজুনা লৈবাক নিংথৌ থংনা লোম্না থমখি।

৯। থবক্তা ইকাইখুম্নবা —

রায়েন পথাপ অসিনা থবক্তা মতিকচাবা মীশক ইকাই-খুম্নি হায়না লাওথোকই। জাতিগী লন-থুম তুংশিন্নবা থৌরাং তৌবা অসিনা থবক কংদবা মীশক মথৌদা পুক্লিং চংদুনা রাজ-ভক্তি লৈবা প্রজা অমা ওইহল্লি।

নিয়ম চুম্না মশা কোম্না থবক তৌহনবা, জাতিগী শেল-থুম যুম্বাল কৈবাগ সরকারনা থৌরাং তৌবনা থবক কংদবা মীশক থবক পীবা ওন্মী। নিয়ম অসিনা খ্বাইদগী কজবা খুৎশুমন কং-হল্লি। সরকারনা থরাই য়াওনা প্রজাগী মথৌদা শরুক য়াদুনা প্রজাগী পুক্লিং থোগৎলি।

মৈদিংগু লোয়াম্বনা মী খুদিংগী শিনফম থায়দোকুনা প্রজা মশেন ইকাই খুম্নহল্লি। রয়েন পথাপ অসিনা থোনাকবা মীশক্তা লান্দগী কংলকপা পোৎ চৈ, লন থুম মনা ওইনা পীথোক্নবা হায়। খুদম :— নিংথৌরেল পাইথোম্বনা মতীক মথৌনা লৈবা মীশক্তা মাগী মতীক মথৌনা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা লান্দগী কংলকপা পোৎ চৈ, সম্পত্তি মনা ওইনা পীথি।

১০। অচুম্বগী হৌরকফম অমসুং শিনফম —

লৈঙাক্লোম নিয়ম চুম্না প্রজাশিংদা রাজনিতিগী অধিকার পী। থবক তৌবগী কংফম থোকপা ছুটি, অহল ওইরকপগী

তেংবাং পী। সিফাইগী থবক তৌবনা খ্বাইদগী চাউনা ইকাই-খুম্নে। অয়োক্পা প্রজাগী সম্পত্তি ঙাক শেন্নবা মী খুদিং মশানা য়ানা চাং নাইনা সমাজ নৈতিক চরিত্রদা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা থবক তৌনবা লৈঙাক্লোম্না লমজিংই। খুদম :— চয়াইরোংবা নিংথোনা মাগী সাসন্দা অমোংপা অমদি সরকারগী মথক্তা মরান পীনবা ন্যুদো হংতুনা মীয়াম থংনবা লাওথোকই।

## ১১। শক্তিদি প্রজাদা লৈ —

লৈবাক্কী থৌবুরেল ওইরিবা অপুন্বা প্রজাগী মীহুৎনা লৈবাক ঙাক শেন্নগী তাড়্ পুই। মথোয়না সমাজ নৈতিক চরিত্র থাজবগা লোয়ননা চাং নাইনা থবক নোমজুনা মীয়াম্বু খুৎশম্নবা লমজিংই।

পাক্কী মচা মচাশিংনা কুংনা শম্বল থাবগুম প্রজাদা লৈ-ঙাক্লোন অসিগী মরান পীজুনা য়া ঙাংনবগী শক্তিসু প্রজাদা লান-থোকই। লৈঙাক্লো'ম্ন যুম্ফম ওইবগী মরম মী খুদিং মপুংফাবা, হায়বা ইনবা অশেংবা প্রজা ওইহন্নবনি। লৈঙাক্লোম্দা যুম্ফম ওইরগা নমথাক তৌবা মীশক, মরম চাদনা লান হৌবা কাংবু অাইম্না মথোয়বুসু দণ্ড পীনবসু হায়। খুদম —

(১) চয়াইরোংবা নিংথৌরেন্না মরান লৈবা মীশক মতৌকচানা য়া-রক্তুনা লৈবাক য়াথোক মশীং য়ামহনখিদে।

(২) মরসিংহনা চয়াইরোংবগী ধারা মেলৈখোম্বা মচিন মনাও ফংজুনা

হাৎপগী দণ্ড পীখি। মেলৈখোম্বদি মচীন তুশিল্লগা মথোং মখুৎ পুন্নগা খোরা খাউদা হান্দুনা ঈশিংদা থাদহুনা হাৎখি। মেলৈ-খোম্বগী অশিবা হকচাং লোইশিনকম হৌজিক ফাওবা নম্বুল মপান্দা মেলৈখোম্বগী মং হায়না লৈরি।

১২। <u>লৈবাক্কী খুৎচদগী চাউবা মপু</u> —

লৈবাক অসিগী খুৎচদগী চাউবা মপুদি নিংথৌনি। খুমন, মোইরাং, লুৱাং, অনিনচিংবা যলাই ৭ কী অপীকপা নিংথৌ পাম্বা লৈবাক্কীসু যলাই নিংথৌজা মপুনি। লৈবাক খুদিং তোমখিন ভাম্বা প্রজাগী কয়াইবা ৬৪ না পুন্না রাম্রেন সাসন্দা লমজিংই। কুপক্রেং, সেক্সেং, মতমমকপী চৎনকুকপা নিয়মগী মতুংইন্না মৈতৈ নিংথৌদি পাথংবগী ঈ অশেংবা অমবু নিংথৌ হাপ্লী। অমুম্না যলাই অতৈগীসু পিবানা নিংথৌ ওই।

পীক্লবস্থ লৈবাক অসিদা জাতি তোঙাম্বা কয়ামুক লৈ। শেল থুম মুহৈ • মশিংদা প্রজা পুক্লিং থোগৎনবা য়াইফ সুংঙাই পুন্সি লেম্নবা, মখল মথেল য়াম্না জাতিশিংগী মীহুৎ লৈবাক্কী অচৌবা মপু ওইহল্লি।

১৩। <u>পুন্ন সাসন তৌমিন্নবা</u> —

পোইনাউভানা নোংদা লাইরেল পাথংবদা শংন্নেন মপু মরুপী য়াথং য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা য়াদে হায়না

তাক্লম্মী। পাউতাক অতুগী মতু·ইম্না লৈভাক্লোম্ম কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা মাংলমচৎকী চৎনবী কায়না চৎতুনা আইনগী রাংমদা মনীং তমহন্দে। নিংথৌ পাম্বা লৈবাক ওইরবসু নিংথৌনা য়াবা মীশক, শংলেন মরুগী য়াথং য়াওদনা সাসনগী তায় পুহন্দে। মরুনা য়াবা মীশক্না নিতি চরিত্র শেমগৎহল্লি। অশুম্না প্রজানা য়াবা, প্রজানা মপু ওইবা লৈবাক লিংই।

নিংথৌনা শক্তি কেন্না প্যায়রগা প্রজাগী স্বর্থ শোকনি হায়-দনা নিংথৌগী শক্তি রায়েন পথাপ অসিনা প্রজাগী খুত্তা শিন্নৈ। অত্থুমদি ওইরগা পেন্দবা থৌদোক রাথোক লাক্লগা নিংথৌনা অমুক হন্না রায়েন পথাপ্না পীবা শক্তিগী মখুং চন্না বিচার তৌবা য়াই।

অশেংবমক লৈবাক অসিদা মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরক্লবা নিংথৌদগী কেন্না চাউবা নিংথৌ পোংবা ১০, লৈম লুচিং ১০, হৌজিক মতমগী রাইদা হায়রগা তোপ-তো'প্পা লে'দবা সমিতি লৈ। মসি অনৌবা নত্তে, মা'লমচত্তগী হৌনা লৈরক্লবা শৈরম অমনি। মরম অসিনা লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী চাউবা মপুদি পুম্না সাসন তৌরিবা নিংথৌ পোংবা তরানি।

মাইকৈ অমরোমদা পোংবা ১০ না য়াব' মীশক নিংথৌনা অপুনবা সভাগী লুচিংবা সভাপতিনি। রায়েন পথাপ অসিনা

নিংথৌগী ভোঙাম্বা লোয়শং লিংহল্লি। মতোন্দা মশীং লাকউম-ব্রবা শক্তি কয়া শিম্বৈ। নিংথৌনা মশা ৫মন্ত্রবা মতমদা মাগী মথৌ পোংবা ১০ নক্রগ' যুবরাজদা শিম্বৈ। সেন্ত্রেং, কুপক্রেং মতমদদি সেন্ত্রেংনা লৈবাক অসিদা লৈত্রব মতমদা ময়াম্বুং কুপক্রেংনা নিংথৌ পোংবা ১০ গা রাজাম্বরগা যুগ কয়া লৈঙাকহন্দুনা নিংথৌগী থৌ পুগল্লি। অ্রম্না পুম্না পোংবা ১০ গা লোয়ননা সাসন পুখিম্বৈ।

১৪। বিচার পতি :-

লৈঙাক্লোন অাসনা লৈবাক অসিদা রায়েনশং শকক অহুম থোক্না থাইদোক্লুনা লিংগল্লি। মখোম অদুদি বৌজিক মতমগী দরবার, চৈরাপ, পঞ্চাই অসিনি। বিচার পতিদি পোংবা ১০না মচৈ মশিং হৈব মীশক থল্লগা নিংথৌনা হাপ্পী। মখোয়গী মপুন্সিদি মখোয়গী মশা - মউ ফবা আইম্না য়াবা অদুক অফিস পুবা য়াই।

বিচার পতিগী মথক্তা করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী বিচারগী মাইয়োক্তা নিংথৌ পোংব ১০ দা রাকৎপা য়াই। অশোংবদি মসি প্রজাগী পুক্কি ফানবা চৈবাক্কি।

লৈবাক অসিদা ভোপ ভোপ্পা রায়েনশংমু লিংলম্মী। লৈম কংমেন লুচিংবী লাই লৈম লাইস্নানা নোংদা লাইগী সনাহাক্তক্তা লোয়শং অসি লিংখি।

১৫। রাজনিতিগী চংভকম পীবা :—

মরান লৈবা মীশক চপ-চাবা রাজনিতি মত্রগা করিগুম্বা হৌরম অমগী মীচেন, অদুগুম্বা মীশক লৈবাক অসিদা চংজবা য়ানবা রায়েন পথাপ্পা পী। মখোয় পুম্নমক লৈবাক্তা চাউখৎ খোং-খাংগী হৌরম কয়াদা মখোদাং পুহন্দুনা মখোয়গী পুক্তিগী সুংঙাইবা মশক থংহল্লি। খুদমশিং:—

(ক) মৈদিংঙু খোংজেকচানা পান্বা মতমদা বর্ম্মাদগী লান্দা-রকপদা চহি ১১ থুম্তাকখি। লান লোইরবা মতুংদা মীভোপ খরা লৈহৌই। মখোয় অদু মখোয়গী লাইনিং লাইশোন্দগী ব্রাহ্মণ জাতিনি হায়বা খংলৈ। মখোয় যনাই ৭ তা ভোপ্পা ভোপ্পা লৈ-হনখি। মসিনা মৈতৈ লৈবাক্তা মীভোপ চংলকপগী অহাঙবনি।

(খ) মৈদিংঙু পেংশিবনা পাম্বা মতমদসু ভারতগী মীভোপ খরা চংলকখি।

(গ) নাউথিংখোংনা পান্বা মতমদসু ভারত অমসুং সান লৈ-বাক্তগী মীভোপ লাকখি।

(ঘ) পুখাম্বাবা মতমদসু চিন্দগী মীভোপ কয়া লাকখি। মখোয় খুদিং মতুংদা মৈতৈ জাতিদা ভিনখি।

(ঙ) মৈদিংঙু কোংয়াম্বগী লান লোয়রবা মতমদা লানগী লানকা জেনেরেল অনিথক লৈবাক অসিদা লৈহনখি।

১৬। রায়েন পথাপকী মাংজিন খাবা থৌরাং :—

রায়েন পথাপ অসিনা "সমাজ নৈতিক চরিত্র" দা পুক্নিং চং-হন্দুনা সাসন মুৎথৎনবা ত্তৌবা লামগৌ, লৌনম্বা মীশক লৈবাক অসিগী রায়েন পথাপ্পা মরামগী মতুংইন্না মতৌক থোকপা মও পী। নৈতিক চরিত্র মতৌক চানা লিংজুনা রাজনিতিগী মড়া চেংহনখি। মীওইবগী পুন্সিদা অচুম্বা পুরক্পবা শেমগৎ শাগৎ-পগী অচৌবা লোয়শংশিংদা থৌবুরেলশিংনা রায়েন পথাপকী নিয়ম মতুংইন্না লমজিংই। থৌরাং অসিনা থুংলায় ওইনা শিজিন্নজুনা মী কাংলুপ কাংলুপ খায়দোক্লুনা লশোনপোৎ মী কাংলুপ ১ত্তদা য়োনহল্লি। কাংলুপ অসিদা য়াওবা মীশক্লা সমাজগী অমগুং সরকারগী চুম শো পায়। মখোয়না লৈবাকী মকোক থোংবা নিংথৌদা রাজনিতিগী চুপ্লি পায়হল্লি।

নিংথৌনা লৈবাক রায়েন পথাপকী নিয়ম নিতি শন্দোক্লা ব্যাখ্যা তৌহুনা প্রজা খংনবা তাকই। নিতি চুংজুনা সমাজ অমা মপুম ওইনা লাক্নুনা প্রজাবু লমজিংই। নিংথৌনা থাক য়াংবা কাংলুপ শাগৎপগা লোয়ননা পুন্সিগী মাইকৈদা অচুম্বা পুরক্পবা প্রজাগী খম্মোই অচংবা মরু ওইরক্নবা সরকারগী থৌরাং পরেং প্রজা খংনা লাউথোকই। প্রজাগী মরজুগী হৈ-শিংবা মীশক খল্লগা রাজনিতিগী শরুক য়াহল্লি। মখোয়দা কমগী মন্ত্রগা

থবক্তী ইকায়বা লৈহন্দে। রা'য়েন পথাপ্পা পীবা দায়িত্ব পুন্থা প্রজানা নিংথৌদা শিন্নে।

১৭। অচুম্বগী তৌফম অমস্থং থৌদাং :—

লৈঙাক্লোম্না অচুম্বগী হৌরকফম অমদি রায়েন সাসনগা মরি-লৈননা প্রজাগী মথৌদাং তাকই। লৈঙাক্লোম অসিনা য়ুম্বাল কৈবাল, শেল থুমগী ফিভম শেন্খী। লৈঙাক্লোমগী পুক্নিনবা রাবোন রাজ নিতিনা থুংশা লৈবা শিন্নাইবগী মপাঙ্গল হাপ্পী সমাজগী হৌরমদা থুংনাইবশিং পুক্রিং থৌগৎপগা লোয়ননা মখোয়গী অচুম্বা ফংফম থোকপা অধিকার পান্দ্রাফমশু তাকই।

লম্মন থুম্বগী থবক তৌবা মীশক মীনম্বা কাংবু, লৈঙাক্লোম্ন মখোয়না তৌরুবা মরানগী মনাইবক্তা তশ দণ্ড পী। প্রজাগী শিংথানিংঙাই ওইবা য়ুম্বাল কৈবাল, শেল থুমগী সত্ব পী। লৈ-ঙাক্লোম্না পীবা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমগী চৎনবী নিয়ম আসি য়াবগা লোয়ননা মীয়ামগী সমাজ শেমগৎপদা নীং-তম্ব য়া ঙাংব নীং তম্ব সভা তিনবা, রাজনীতিগী মাইকৈদা থবক মোন্থা, প্রজা মুংঙাইহনবগা লোয়ননা মখোয়গী অচুম্বা অধিকার, লমচৎ শ্বমগী মথক্তা পাংথোকই।

১৮। রাজনিতিগী অধিকার:—

চহি ১৮ শুরবদি মুপা মুপী খুদিং মাগী মাগী পুক্নিগী অপাম্বা শিনকম রাজনিতিদা য়ুন্দম ওইবগা মখোয়গী লৈকম, ধর্ম্ম, সম্পত্তি, মহৈ মশিং পুম্নমক শুনা হায়রদুনা নিংখোদা থংহল্লি। অদোম্বা মীশক মীরৈবাক মচা ওইরবদি মানা লৈরকপা চহি মশীং, লৈকম ভাকই।

অঙাওবা মীশক নত্রবদি মী খুদিং লৈবাকী খো পুহল্লি। মুপীশিংসু মুপাগী মতোগুম্না লৈবাকী খো পুহল্লি। খুদম:— মৈতৈগী লানকম কয়াদা মুপীগী খোদাং য়াম্না য়াওই। মরৈবাক নোংবী লিম্নোইশুম্বী অমসুং মাগী মুপী লাম্নী কাংবু ইতিহাসনা সাক্ষি পী।

১৯। নীং ভম্বা থরা:—

প্রজানা লাইবিক লাইশু ইবা, ফোংবা মীয়াম তিনবা, সভা যাত্রা চৎপা অসিনচিংবা নীং-ভম্ব লৈঙাক্লোম্না খোয়াং তোদুনা শেম্মী। মীয়াম্না সাসন তৌবা লৈবাক অসিগী মাইয়োক য়াবা লান্দাবা, লুট তৌবা, সাসন্দা য়েৎপা মীশক নত্রগা কাংলুপ মতৌক চানা মশা ভাকখোকচবা ভম্বা প্রমান পীবা ভমত্রবদি দণ্ড পী। রাজনিতি মপাঙ্গল হাপ্নগা লোয়ননা সভা যাত্রা চৎপদা

থবক শুবা মীশক, নোংমগী চবা তাব' প্রজাগী মথৌনা থৌগৎলি। সরকারনা মরুপ অমদি কা'লুপ লি'নবা দরক'র লৈবা থবক্তী থৌরাংস্থ শেম শাই। থৌরাংশিং অ'সনা মাইয়োক য়াড়ুনা লোন্‌খা মীশক, লানথোক্‌লা থৌরাই য়াওবা, রাজনিতিদা মরান লংজব মীশক লৈহন্দনবা প্রজা মীকুপ্ নাতমশিংনা চেকশিন্না লৈহল্লি।

নিংথৌ নত্ত্রগা বিচ'র পতিগী হুকুম য়াওদনা কনাগুম্বা মীশক অমা ফাবা য়াদে। প্রজা'গী মনীং তমজবা থি'বা য়াদে। মীগী ময়ুম থুগাইবা, মী অমগা মরি লৈনব' সম্পত্তি অসিনচিংবা আইন্না ঙাকই। লৈবাক অসিগী মকম থুদিং অবোনবা পাউ লৌবা মীশক থাড়ুনা সরকারগী লোয়নং অমসুং প্রজাগী সম্পত্তি ঙাক-শেল্লি। প্রজানা ময়ুম কোংবা, মথোয়গী সুংঙাইগদবা লৈকম থজবা য়ানবা থৌরাংস্থ শেম্মী।

২০। ধর্ম্মদা নীং তম্বা :—

লৈঙাক্লোন অসিনা ধর্ম্মদা নীং তম্না চৎপা য়ানবা থৌরাংস্থ তৌই। অচুম অরান মশক থংনবা ধর্ম্মগী স্কুল লিংই। ধর্ম্মদা নীং তম্না ইরাৎ পূজা তৌবগুম্না কনাগুম্বা মীশক অমনা ধর্ম্মদা থুৎ থিংজিনবা, য়েক্লবা পাউ শন্দোকপা থিংই।

২১। মহৈ মশিং বিজ্ঞা'ন থিজিনবা :=

মহৈ মশিং তম্বদা নীং তম্বগুম অব্যাস চাওখৎনবা স্কুল

লিংজুনা বিদ্যা পাক শন্না শন্দোকই। সাহিত্য হৌরম অমসী বিদ্যা শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা প্রজাগী পুক্নিং চংহল্লি। অসিঙুম্না চাউখৎ থোরাং বিদ্যাদা পুক্নিং চংবা মীশক্তা সরকারনা শেলগী নত্রগা মচাক মথুংগী তেংবাংসু পী।

২২। মুপীগী অধিকার :–

লৈবাক অসিগী মুপীশিংনা মুপাঙুম্না রাজনীতি, মহৈ মশিং যুম্নাপ কৈবাল, পুন্সিগী থাক মান্নবা থম্নবা আইন শেম্মী। জাতিংগী শেল থুম. যুম্নাপ কৈবালগী থাক মান্নবা লৈনবা থোরাং তৌব অসিনা শাংগ্নাগী শেন্দোং য়াম্না ফংহল্লি অমসুং মথোদা পুক্নিং চংহল্লি।

থবক শুবগী জলাংবা মতমগী পোথাশঙ পী। শোয়বা লৈত্রবা অচুম্বা থোরাংনা থবক তৌবগী মতম সরকারনা শন্দোক্লা প্রজাদা থংহল্লি। থবক তৌবা মুপা মুপীশিংনা থবক্তগী পেন্থাব মতমদা মশোয়গী মশা মউ ফনবা থোরাংসু তৌই।

২৩। তেংবংনবগী কান্নবা :—

অহল্ ওইরবা মতমদা নত্রগা মশা নাইরবা মতমদা থবক তৌবা কর্ম্মচারীগী মতেং পীনবা, মচাক মথুম পীবা শোয়রবা য়াদ্রবা খুদোংচাদ্রবশিং তুং কোইনা পীবা ভন্নবা সরকারনা থোরাংসু তৌই।

দেশকী লুচিংবা, মরৈবাক নীংবা, মথোদা মথরাই কৎলবা, মতৌক মথৌনা লৈবশিংদা অহল ওইরক্লবা, থবক ড়মল্লবা মড়মদা সরকারনা ডৌবীমল থংবা উৎতুনা মমিংড়া ওইরবস্ু শেলগী নত্ত্রগা পোৎ চৈগী ড়েংবাং পী। খুদম:—

(ক) মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো অমদা মশাগী মরৈবাক নিংবা, রাজভক্তি লৈজবা, দেশকীদমক মতৌক মথৌনা ফুদোক্লু-না মথরাই কৎথোকপগী থুমখোং থরা মনা ওইনা পীখি। হৌ-জিক পঙ্খাই মপাগী সানাখ্যা ইবুঙো রাজকুমার বাসুদেবনা শি-জিন্নরি।

(খ) পাউরমচা ব্রজবাসিদস্ু মাগী মমা লৈবাক নীংজবা থো-দোক থরগী ডৌবীমল থংবা উৎতুনা লোচা পীখি।

২৪। খুদোংথিবগী অচুম্বা ৱাকৎ:—

সাসন পুবা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা মাগী মথৌ মশক খংদবা আইন রাংমা লান্না চৎপা, নত্রগা মশাবু মশক খংদ্রবা মীশকী মথক্তা অনকপা রাযেনশং অমদা অইবা নত্রগা চিন্না হায়দুনা রাকৎপা য়াই। কর্ম্মচারিনা সরকারগী লন মাংহন্বা, প্রজাগী মরন মাংহন্বা, অম্যাংবা হংল্লন্নবা থোরাংস্ু ড়োই।

২৫। অচুম্বা থবক্তা ড়োকম:—

লৈবাক অসিদা লৈবা প্রজাশিং মখোয়গী মথৌ সরকারনা

ভাকুনা লমজিংই। প্রজানা লৈঙাক্লোয়া পীবা থৌ পুন্নমক পাং-থোকই। মথৌনা লৈবা, শক্তি লৈবা মীশক সরকারনা মীমুংশি ফোংদোকই।

দেশ অসিদা লৈবা প্রজা পুন্নমক লৈঙাক্লোনগী নিয়ম্না পুল্লি। নিয়মশিং অসিনা সমাজগী থৌদাং, হায়বা ইন্না হৈথোই-শিং-থোইবা থবক্তা মীশক ওইহল্লি। লৈঙাক্লোয়া প্রজাগী সম্পত্তি মশক শেংহল্লি; লৈবাক প্রজাগী য়েখাই-থিজাইবা থিংই। থবক্তা শীনফমগী নিয়ম ভাকপা মরম্না প্রজানা মশাগী থৌদাং পুদুনা মশাগী সম্পত্তি ঙাকই। মথোয়না আইম্না পীবা থৌগী মতুংইম্না সরকারগী খাজানা পুহল্লি। মরুম লৈবাক ভাকপদা প্রজা পুন্ন-মক অরোম্বা থৌদাং পুই। খাইদগী চাউনা ইকাইখুম্নবা থবক্তি লান্মীগী থবক ভৌবনি।

২৬। অরোম্বা সম্পত্তি লেপ্পা থিংবা :–

লৈবাক অসিদা নিংথৌদগী হৌনা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা অহেম্বা অরোনবা সম্পত্তি থম্বা য়াহন্দে। মরম অসিদগী লাইরক চম্না লৈখুবা নাউকংবা সনা হাক্তকগী হৌনা মজাইবুংঙো খোং-লাম্ব নোংইন ফাবা শরীক লৈখম্বগী ঈনা মথংশিংনা য়েংখোম, কৈথেল্লাকপম, খোইরোম, রাইরোম যুম্নাক ওনখি। মতৌ অসুম্না নিংথৌরেল খুন্দিংগী যুম্নাক ওনখিবা শীংখাহনা লোইবা নত্তে।

নিংথৌ পোংবা ১০ না চৎন-লুতিন কায়না তুংলমচত্তা লৌন-
লৈনবা তৌরনবা লায়রুনা যপাইদি নিংথৌজা ওইরনখি। মথোয়গী
কাংথল, কিদা মশক নাইনা তাক্কুনা প্রজা খ'হল্লি। যলাইরেনগী
ফল্লাইবশিংনা মাংলৈবা নিংথৌ সানা ঈনি খংনবা নিংডোল থাক-
ত্থুনা য়ুমলেপ চাম লিংনখি। গরীবনীরাজগী তুংদা পল্লকপা
নিংথৌশিংনা খুদোংথিবা কয়া মাইয়োক্লবসি কোক্লবা লম য়েম
চৎনহনখি।

২৭। লান্দাবা রাজ্য শন্দোকপা ংংবা :—

লৈডাক্লোয়া য়ুমলোয়বা দেশ অমদা লান্দাবা থিংই। করি-
গুম্বদা লাম্থেংনবা থোকপা, লান লোইরগা মতুংদা অমুক হয়া
থোক্কনবা দেশ অনিগী মহৈ মশীং, শেল থুমগী তেংবাং পীনত্থুনা
লৈবাক অসিগী রাংয়েন মীংশৌহন্দুনা মিত্ররাজ ওইনা লৈমিন্নে।
খুদম :— মৈতৈনা লানফম কয়াদা মায় পাক্লবম্ভু লৈবাক অদু
মথা পোথা দেশ অংগুম লৌত্থুনা খক ওৎ-লৈখিদে। মদুগী
মহুত্তা লৈবাক অদুদা রাজনিতি কুতমিতিগী মীওই থমখি।

২৮। শিনফম লৈতবা শিনফম ভাকপা :—

চহি ১৮ ভবু শুরবদি সুপা সুপী কাংলুপ অনিমক মৎকাংরনা
মথোয়গী শিনফম লমজি ই। সরকারনা অথম্নবা শিনফম কয়া
সরকারগী অমদি প্রজাগী য়েংত্থুনা খুন্নাগী অথম্নবা মফম অমদা

শিন্দমশঙ লিংই। খুদম :—

১। মুপা কাংলুপকী খুৎনা শাবা পোৎ চৈ, মুস্বাম্বদা চংবা মচাক মথুম, খুৎ চৈবগী বিস্থা ভস্বী।

২। লৈবাক ভাক-শেম্বনা চংদবা য়াদ্রবা থাং তা মতীক চানা বিদ্যা ভস্বী।

৩। শৌউ বিস্থ খোনী ভানবা উমংগী পোশ্রেক হীদাক লাংথক শেম্বা অসিনচিংবা অশোক - অপন খোক্রকপগী অহানবা লাইয়েং কয়াগী বিস্থাস্থ ভস্বীরম্মী। মখোয়বু হায়বা টনবা থকশি থাশি নাইহনবা, মতীক মখোনা হাপতুনা লমজিংইবা ওঝাবু পাখং লাকই হায়দুনা পাখং লাকপা কৌই। লম-চেনবা মীশক য়াওবকপা অনকপা বিচার লোয়শঙ নক্রগা খুলগী চৌকিদার ভাকুনা র রকহল্লি। পাখংগী শিনফম লোয়শঙ অসিবু পাখং ফাল হায়না কৌই। মখোয় মশেন মথং মনাও নাইনা থল্লগা ইংং থোনা রা ভাংবা ভম্বা এ সেমল্লীস্থ লিংহল্লি।

মুপী কাংলুপকীনা ফিশা লোনশা ঈশৈ লোংমাই বিস্থা ভস্বী। লৈবাকী নোংমগী শিজিম্বদা চংবা পোৎলম থরগী বিস্থাস্থ ভস্বী। মখোয়বু লমজিংবা ওঝা হায়্লী। মখোয়গী ভিনফমবু লৈশা ফাল কৌই। মখোয়না জাতিগী থৌ লাকপা মতমদা পাখংবু মখোনা হংল্পা ঈশৈ শকই। (মখোয়গী লমচৎ শাজৎ

শেম্নীবা ওঝাবু নিঙোল লাকপা কৌই। কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লম হেম্না শিন্নম শঙদা লৈরিবিদ্রা ওঝাগী য়াথং য়াওদনা উনবা য়াদে। অথুবা অরুবা হৌরমগী নিঙোল লাকপগী য়াথং লৌরগা কোংনা উনহল্লি।

মুপী খুদিংমক মশা ঙাকথোক্কবা থাং তাগী বিত্তান্ন ভম্মী। মত্তৌ অম্নুম্না মশা মরোমদোম হিংজনবগী বিত্তান্ন তম্মীদুনা মীপান ভাংদনা মথৌনা লৈবা মীশক ওইহল্লি। মহৈ মশিংদা মপুং-মরৈ ফাবা মীশক্তি ষ্টেটনা শেলগী নঞ্জগা মচাক মথুমগী উপাইম্ন পী।

চহি ১৮ মপুং ফারবা মীশক খুদিংমক মহৈ ভম্বা লোইরগা নিংথৌদা মথোক্কগী শিনফম, বিত্তা অসিনচিংবা ইদুনা শক তাকই। মুপা খুদিং নিংথৌনা লৈবাক অসিগী নাগরিক অধিকার পী। মথোম খুদিং লুপ্লাকপদা শিন্নদুনা লৈবাকী থৌ পুহল্লি।

মুপীগীম্ন মসিগা চপ মান্নৈ, অহুম্নদি ওইরগা থোইদোকপা য়ুম পানবগী চংদবা য়াদবা পুন্সি ওইবনা লৈবাকী থৌ লাকত্রিবৈ অদুক নিংথৌ থৌদা পীদে। অক্লাগী লানফমদা লিন্থোকহৌবা লুচিংদুনা লৈবাক অসিগী অথম্নবা মুপীগী থৌদাং পুথোকখি।

২৯। সরকারগী সম্পত্তি মাংবা হল্লিনহনবা :—

কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা সরকারগী সম্পত্তি মাংহনবা য়াদে।

কর্ম্মচারীনা মাংহনবা ওইরবদি মালী থাগী নত্রগা চহিগী শেঁদ্বোক অহুদগী অমাংবা পোৎকী মমল লেপ্পগা চহি মশিং লেপতুনা শিংথ হায়বা খংদবা খপিকপা শেনফম অমা সরকারনা কল্লগা অমাংবা হুপ্তিনহল্লি। থুদম :—

— লোয়াম্বনা লৈবাক অসিদা লৈরা মীশক অমত্তুনা মাগী পুক্‌ম থোকপা চহিগী খাজনা তোনবা য়াহন্দে। খাজনা তোনবা মীশক মাগী লৈজব' পোৎ-টৈচ, কি-রোন নত্রগা মশানা নোমজদুনা ফংফম থোকপা পোৎথোক—মনামশীংনচিংবা অদুদগী খাজনাগী শেনফম পোৎ ওইনা লৌই। নিংথৌনা হায়, নিংথৌদি লৈবাক প্রজাগী সম্পতি ঙাক শেন্দুনা লৈবাকী সম্পত্তি পাইরে। প্রজাগী মাংখিবা সম্পত্তি থোমগৎপা নিংথৌগী মথৌনি। অদুনা শেলগী মহুত্ত পোৎথাক্লা খাজনাগী চাং লেপ্লগা অমাংবা সম্পতি শিংব য়াহনবা নিয়ম অসি পুথোকখি।

৩০। তেংবাং ফুরুপ লিংব' :—

লৈবাক অসি পাক শন্না তেংবাং-মরুপ লিংনবা লৈঙাক্লোন ভামিন পীদুনা লমজিংই। মরুপ অসিনা লৈবাকী শান্তি রক্ষাদা খ্বাইদগী চাউনা শরুক য়াই। মরুপ অসিবু লমজিংনবা মরৈ-মশিং হৈবা মীশক লম লমগী সরকারনা খন্দুনা তেংবাং মরুপকী কাম্নবা ব্যাখ্যা তৌই। অসিগুম্বা সরকারগী থৌদাং য়াবা মীথোই মীওনবা মীশকপুম্ব লুপ্পাকপা কৌই।

লম লমগী ওইনা লৈকাই কয়ামুক থাইদোকুনা প্রজা মশেন চায় চিন্না লৈমিন্ননবা অমদি লৈকাইগী অরা মুংঙাই থোক্লকপা থৌদোকশিং পুন্ন দায়িত্ব পুমিন্নে। লৈকাইগী মী শিবা নত্রগা য়ুমলৈ কৈরৈ মতৌক চাত্রবা মতমদা শিন্নিবা ইমুংগী নত্রগা মযুম লৈব্রবা মীশক্কী অরা-অনা পূন্না পুমিন্নদুনা শেলগী নৎত্রগা প্যাঙলগী তেংবাং পী।

য়ুম লৈজদব মীশক লৈকাই হৌনা য়ুম শাবী। মথোয়গী খুৎশুমন কথোকপগী লমচৎনি। বিচ্ছা শুনা হৈবা লৈকাই মরুপ্না লৈবাক্কী শান্তি রক্ষাগী অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লৈবাক অসিদা লৈত লাইর মশক খংহন্দনা য়াতেন্মী।

মরম অসিনা লৈবাক অসিগী সরকারগী লমচৎ তেংবাং মরুপকী লমচৎনি। লৈবাক্কী অপুনব সন্তাদা য়াওবা য়াবা মীশক্তি লুপ্লাকপা নৎত্রগা মানা য়াবা মীশক্না পোংবা ১০না চাংয়েং তৌরগা মথোয়গী অয়াবা মীশক্ত লৈবাক্কী মীহুৎ ওইহল্লি। লুপ্লাকপা তদন্ত সমিতিগী অহানবা হৌকম মরুওইবা শরুক্নি।

৩১। সরকারগী হুকুম মানিদবা মীশক দণ্ড পীবা :—

সরকারগী হুকুম মা'নিদবা মীশক অমত্তা লৈবাক অসিদা লৈবা য়াদে। মথোয়গী দণ্ড সন্বিধানগী নিয়মশিং অসিগী মরক্তগী অপাম্বা অমা মশানা য়ানিংনা থনবন্নগা দণ্ড পীহল্লি।

খুদম :— গরীবনীৱাজগী মতমদা নিংথৌগী খ্বাইদগী চাৱা [illegible] অমা লৈরম্মী। মহাক মপুন্সি চুপ্পা যুম পালোই হায়না শংলেপখি। লাইগী নোংদমদগী নোংমা সানা কোম্বুংদা অতকপা [illegible] অমা য়েৌরকখি।

মোমন্নু কৌবী মশক মতৌ ফজবী নুপী মচা অমা লৈ। মহাক্না শকপা ঈশৈ ভাকুরবদি মাগী নাক্তগী লৈথোকপা য়াদে। খুল্লাগী লৌৱোকপা অমদি লৈকাইগী হীরম অমদা মহাকপু নেক্লে। মাগী ঈশৈনা খুল্লাগী পাখং লৈশাবী মথৌদা মরিংজেন হেক হেক হাপ্পী। বাকম অসি চাংয়েং ভৌরুনবা নিংথৌনা ফম্নাইবা অসিদা য়াথং পীখি।

নিংথৌ য়াথং পুরক্নুনা ফম্নাইবা মোমন্নুগী ঈশৈ তাবা চৎখি। ফম্নাইবা মোমন্নুগী ইশৈ তারুবদগী সানা কোম্বুং কাবকউ হায়বা য়াখিত্রে। নুপী মচা অদুগা পুন্সি লৈপুন ওইজগে হায়না নিং- থৌদা হংগৎলে। গরীবনীৱাজ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। লাইবকথিবদি লৌন • লৈনবা য়াদবা মীশক ওইরম্নুনা নিংথৌনা অনিমক্তা থেমখি। ফম্নাইবা মোমন্নু অনিমক, নিংথৌ য়াথং মানিদবদগী লৈবাক অসিদগী সংবিধান থুগাইবগীদমক তাম্লোকপি। গরীবনীৱাজনা মাগী নুংশিবা ফম্নাইবা অদুনা পাম্বা লৈবাক খন- হনখি। মথোয় কবোদা চৎখি। নিংথৌনা মথোয় অনি মনিপুর য়াংমা কাওবা থিনবীখি।

---

লৈৱেতাক্লোন

লানশোম্বীগী লমহাংদা মোমমুনা রারে পে'খাবা...
শাবী লাও লাও চৎশি লাও, মাংদা খাররা।
ঈশৈ অসিমক থোদোক অদুগী রারীনি।

৩২। মীথল :—

লৈবাক অসিগী নিংথৌনা লৈত্রব মতমদা মহাক্কা মাংঙোননা মীচুং পীথ্রবা যুবরাজবু সঙ্কর ঙৌত্রিঙৈ মমাংদা লৈবাক থংনা নিংথৌ পোংবা ১০ না লাউথোকই। লৈবাক্কা নিংথৌ শক থ'লবা মতুংদা সংস্কার ঙৌই।

মঙৌ অসুম্না শরোইগী থৌ পুবা ফম্নাইবশিংসু হেক শিবগা নিংথৌ পোংবা ১০ না মকাকী যলাইগী মতীক মথৌনা লৈবা মীশক অমা অমুক থুনা থৌ পুহল্লি। মতীক মথৌনা গুণগী মতুংইন্না থা অহুম লৈরগা পেংবা ১০ না শক থংই; অসুম্না লৈবাক থংনা লাউথোকই।

# মরিশুবা শরুক

## লৈবাক শেম্নগী মওং মতৌ :—

অপুম্বা সভানা লৈবাক্কী মপুনি, নিংথৌ পোং ১০ শরোই ৬১

লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী চাউবা বাম্নেন শাসনগী মপুদি জাতিগী অপুম্ব সভা নিংথৌ পোংবা ১০, শরোই ৬১ নি। শরোই কায়রগা মশুম্বু থংনৈ, নোংমবু মতম ৬১ থোক্লা থায়দে ক্লগা শরুক অমবু লাই অমনা পুক্লনা ঙাকই। লাইরম্নেমগী চৎনরোল মতুং ইন্না ফমথৌ ৬১ হাপ্লী। অপুম্ব সভাগী মশীংনা ৬৪ নি। মরম অসিনা জাতিগী অপুম্ব সভানা লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউবা সাসনগী মপুনি।

সভা অসিনা লেজিসলেটিভ, এক্সিকিউটিভ, কন্সটিটুয়েণ্ট, ইলেক্টোরেল পুম্ন পুই। মথোয়গী মথৌ য়াম্মী। সভাগী সভাবতিদি নিংথৌনি। যেম্বরশিংনা পুম্ন দায়িত্ব পুমিন্নৈ। সভা অসিনা আইন শেম্মী। মসিনা সরকারগী অফিসার কম হাপ্লী;

লৌথোকপন্থ ওম্মী। শা লান অমদি লৈবাক অমগী চহিগী খরচ, চহিগী আই, থাজনাগী চাং সভানা লেপ্পী। প্রদেশশিং হায়বদি যলাই লৈবাকশিং অকক্কবা লমগী লমথৈগী মরমদা য়েংনবা লাকপা রাথোক পুম্নমক সভা অসিনা বিচার তৌই।

অপুম্ব সভানা প্রদেশশিংগী লমথৈ লেপ্পা। সভানা মথোয়গী মথৌ পাংথোকপদা মতৌক চানা শক্তি শিজিন্নদুনা লৈবাক প্রজা লমজিংই।

কবয়া সভ অসি লিংই ?

তোডান তোডায় জাতিনা তিন্নবা অপুনব লৈবাক অমা শাগৎপদা চংবা মচাক মথুম, প্রজা কানবা আইন শেম্নবা লিংব সভানি। সভ' অসি চৌং তমগী মীহুৎনা শেম্মী। আইননা য়াদবা মরান লৈবা মীশক নত্ত্রগা অতাওবা মীশক নত্ত্রবদি মশাগী চহি ১৮ বু শুরবদি মহাক্কী মতৌক মথোনাগী মতু'ইন্না সাসন কেন্দ্র অসিদা লমথৈ ১গী মীহুৎ ওইখা য়াই। মীহুৎশিং অসি মাগী মাগী হৌকম শাংকম মতুংইন্ন কাংলুপ থায়। সভা অসিদা মেম্বর মশীং ৬৪ থক লৈ। মথোয়গী মপুন্সিদি মশানা রাজনিতি নত্ত্রগা সরকারদা মরান লংজত্রিবা মতম অক্ছুক মশা ফরবদি লমথৈ অমগী মীহুৎ ওইবা য়াই।

সভা অসি লৈবাক্কী রাথোক লাকপা মতমদা নিংথৌনা কৌই। সভা অসিগী লায়ৌত চাউবা অফিসার কয়া লৈ। দেৱান লাম্মী মকোক, বিচারপতি অপূনবা সভা ফম্বদা য়াওহল্লি। মখোয়না সরকারগী থৌরাংশিং মিৎ-না শিংনা পাংথোকই। সভাগী মীশিং য়াম্বনা আইন শেম্মী। অপূনব সভানা য়াত্র-বদি নিংথৌ ফাওবা লৈঙাক্লোম্ম পীবা নিয়মগী মতুংইম মফম লৌথোকপা য়াই। খূদম :—নাউখম্বগা নাউফংবগা নিংথৌ খুভম গী য়েংনরকপদা মৈদিংঙু নাউখংবনা শিরমদাইদা চহি ৫ দা ঙাইরিবা মজা ইবুংঙো যুবরাজ নাউফংবদা নিংথৌ খুভম পীনিংখি। পোংবা ১০ না য়াদবদগী মনাউ ইবুংঙো নাউখম্বগা লাই সাক্ষি য়েংননবা মবুংধৌ ঙাঙোই য়োইমোংবগী থুপকম হিদেন্দা ঐরুপ্পখি। নাউখম্বনা লাই রায়েন চুমদুনা নিংথৌ খুবম ফংখি।

সভা অসিগী লেংদবা সমিটি কয়ামুক লৈ। সমিটিশিং অসিগী মপুংদা শেল থুম, রাজনিতিগী সমিটীবা খ্বাইদগী চাউই। সমিটি মেম্বরশিংনা মরি লৈনবা সমিটি মিটিং তৌদুনা অপূনবা সভাদা মখোয়গী রাৱেপ পুথোকই। মখোয়না মখোয়গী রাৱেপ ব্যাখ্যা তৌদুনা সভানা য়াবিনবা হায়জে।

দেৱান, বিচারপতি, লাম্মীগী মকোক লৈবাক্কী মীহুৎ নত্রবস্থু মীফম অসিদা য়াওহল্লি। সভাগী মীফম লৈতবা মতমদা লাকপা

য়াথোক মাইয়োক্কনুনা সমিতিনা যরি লৈনবা সরকারগী লোয়নশঙ্ংশিং লমজিংই। সভা অপূনবা জাতিগী সভা ওইবা মরমনা দরকার লৈরকপদা সাসক কর্ত্তা নিংথৌ, মন্ত্রি, জেনারেল পুন্না হৌরম অমগী অরোধ মীকম তৌদুনা য়ারেপ লৌবা য়াই। মখোয়না অচম্বা মীশিং হেনবনা খুৎ থাজৎতুনা আইন শেম্মী, বিল পাস তৌই। লৈভাক্রোন শেমদোকপস্থু মীশীং হেন্ননা অয়াৎ অপা মেনথৎতুনা চুমথোকই। অপুনবা সভা চহিদা অনিরক ফম্মী।

শক্তি অমস্তুং মথৌ :—

লৈভাক্রোম অপুনব সভাগী শক্তি মশীং লাকচমদনা পী। সভাগী মীশিং হেনবনা আইন শেম্মী। মপুম ওইনা লৈবাক অসিগী মপুদি অপুনবা সভানি। সভানা মমাংদা তাখিবা য়ারেপ, হম শেমদোকপা য়াই। লৈভাক্রোম পীবা আইন প্রজাবু পুনবা অসি লৈবাক্তী মরুনি। মন্ত্রি, জেনারেল মেম্বরশিংনা হংবা য়াহং খুদক্তা পীবা ডমত্রগা মরি লৈনবা সমিতিনা মথংগী মীকমদা পীহল্লি। সভা অসিনা নিংথৌগী মচুৎশিনবা য়াবা মীশক য়ুবরাজ থল্লি। কাউন্সিলগী মকোক নিংথৌনা য়াবা মীশক সমিতিনা পরিক্ষা লৌরবা মতুংদা হাপ্পী।

সভা অসিনা নিংথৌ মশাগী মচুৎশিনবা য়াবা মীশক মাংজোননা পীহল্লি। মীচুৎ অসি নিংথৌগী ঈ ওইগনি। নিংথৌনা

মীহুৎ পীরবা মতুংদা সভানা যুবরাজ কম থিন্দোকই। জাতি ভাক শেনবগী থবক পুবা, বিচারপটি সভানা থল্লগা নিংথৌনা হাপ্পী।

নিংথৌ, যুবরাজ্ দেৱান, বিচারপটি ভাক শেনবগী থবক পুবা মীশক মরানগী মতুংইন্না সভানা কম লৌথোকপা য়াই। সভা অসিনা জাতিগী শেল থুমগী রাকৎ লাকপা থয়রগা রারেপ লৌই। সভানা শা লানগী রাহং লাকপা, সভাগী শক্তি শিজিন্নবা রারেপ লৌবগী শক্তিসু পায়।

শঙলেন মরু নিংথৌ পোংবা ১০ মা জাতিগী অপুব সভানা মখোয়দা শিন্নবা শক্তি চেৎনা পায়। মখোয়না সভানা ভাখিবা রারেপকী দায়িত্ব পুই। জাতিগী সভা নক্রগা লেংদবা সমিতিগী মীফম লৈভবা মতমদা লাকপা রাকৎ থোইদোকপা রাহংগী শিজিন্নবগী থবক নিংথৌনা মীহুৎ পীবা ঙম্মী। অপুন্না শক্তি থাইদোকপগী খৌরাং লৈঙাক্লোন্না পী। মরম অসিনগী জাতি ভাক শেনবগী সভা লিপ্পথি। সভা-অসিনা লৈঙাক্লোনগী আইন সাসক কর্তাশিংনা শক্তি শিজিন্নবা কুপ্পা য়েংই।

আইন শেম্ব :—

মেম্বরশিংনা লমগী থেন্নবা থমদনা সাসনগী মচাক, শেল

থুম ল্যাক্নবা উপাই কয়ামুক পুথোকই। মখোয়না মীওইবগী লমচৎ শাজৎ পুম্নো নৌনা শেমজুনা প্রজা মশেন তেংবাংননবা বাখলদা কেন্দ্র ওইরগা লৈবাকী রাজনীতি শন্দোকই।

জাতিগী অপুম্ব সভাদা লেংদবা সমিটি, নিংথৌ যুবরাজ মন্ত্রিশিংনা মখোয়না পুবা থবকী চাউখৎ থৌরাং শেল থুম নত্রগা আইন ওইনা চৎনত্রিবা রাকম হায়না হায়জুনা রাহোদোক কয়া পুথোকপা য়াই। মেম্বরশিংনা পুথোরকপা রাহোদোক পুম্নমক নিংথৌনা মরি লৈনবা সমিটিগা থম্নরগা রারেপ লৌই। থম্নথুব রাকম কয়া পুথোকহন্দে। দরকার লৈবা আইন কানুন, অচম্ব হীরম থুৎ থাজৎতুনা পাস তৌই। অসিগুম্না সভাগী য়াথং পীরবা রারেপ নিংথৌনা চৎননবা লাওথোকই।

সমিটিশিং :—

সভাগী ময়ুমতেং পাংনবা অপীকপা সমিটি কয়ামুক লৈ।

মখোয় অদুদি :— ১। মীতোপ মীয়ান চংলকপা সমিটি।
২। শেল থুম, আইন শেম্বা সমিটি।
২। চাগা চাদিং হীসাব তৌবা সমিটি।

অপুম্ব সভা লৈতবা মতমদা সমিটিশিং অসিনা লেংদবা সমিটীদা মতেং পাংই।

সমিটিশিংগী সভাপতি, উপ সভাপতি মেম্বরশিংগী মরক্তগী থল্লি। মরি লৈনবা সভাপটিনা সমিটি মীকমদা সভাপতি ওই। জাতিগী লেংদবা সমিতিনা, সমিতিশিংনা পীথক্লকপা শেলগী নত্রগা আইনগী রাকম থুদিং মীৎয়েং চ'ই। সমিতিশিং অসিনা প্রদেশ, অপীকপা লমথৈগী সাসন শোয়দনবা আইনগী পরিক্ষা লৌই।

১। শেল থুম, আইন সমিতি :—

সমিতি অসিনা অপূর্ব সভাদা য়াথুবা সাসনগা মরি লৈনবা আইন, লৈঙাক্লোনগী যৌরকফম তাকই। লেংদবা সমিতিনা শেথা আইন কানুন, মতুগী হৌফম পরিক্ষা লৌই। লেংদবা সমিতিনা য়াডুনা পীরকপা আইন চৎনবা ঙমত্রবা মতমদা সমিতি অসিনা মাংক্লোননা শেম শাদুনা অপূর্ব সভাদা পুথোকই।

২। চাগা চাদিং সমিতি :—

সভা অসিনা লৈবাক্তী সাসনগা মরি লৈনবা শেল থুমগী পীরক্ষা লৌই।

৩। গুনন্ট সমিতি :—

সমিতি অসিনা অপূর্ব সভাগী অচৌবা মীকমদা মেম্বরশিংগী লমচৎ শাজৎ, গুণ পরিক্ষা তৌই। জাতিগী একতা কাইদনবা মিৎয়েং চংই। সমিতিনা য়াদবা মীশক সভাগী মেম্বর ওইবা

য়াদে। মতাগী মপ সমিতি অসিনা থৌগৎলি। মমম অসিনা সমিতি অসি লৈবাক্তা মরুনি।

সমিতি অসি লেংদবা সমিতিগী ভেংবাংনবা লিংই। সরকার লৈতবা মতমদা লেংদ্রবা সমিতি নত্রগা অপুন সভানা অমুক মুথৎপা য়াই।

---

# মঙাশুবা শরুক

নিংথৌ পোংবা ১০

লেংদ্রবা সমিতি :—

মী ওইবনা মিংচৎ লৈনা ভৌরুবা থবকী পুক্রিংদা অনুতাপ লৈতনা চেকশিন্না লৌশিং তানশিন্ন, অফ ফত্ত মশক শেংনা তাকপা অহুণ্ডুম্বা ইকাইনিংঙাই লৈতবা থবক অহু ভৌরগা অপেন্ন ওইবা, মীয়াম্বু সত্ত গুণগী অচেৎপা লিচৎ শাজৎ শেম্ন মীওইবগী অফবা থবক্তা মাইপুনহনবা, মশাগী মশক মশানা থংহনবা, প্রজাবু শিংবা ভোমুথিন তাম্ন সভানি।

সভা অসিনা মীয়াম পুক্নিং লাকশিন্দুনা মথোয়গী মথৌ তৌহন্নগা লোয়ননা ভুংলমচংকী মহৈস্তু উদা ওমহল্লি। অসুম মউ ফংনবা, অনা অয়েক্কী চিদাক লাংথক পুথোকপা, মহৈ শাংং ভত্ত জ্ঞান তাকপা, অকবা থবক তপস্যাগী মহৈ হায়বদি লান-ওমদবা; ফংওমদবা ,চংওমদবা অমদি তৌওমদবা পুক্নমক অসি পাংথোকপা ওস্নবা লমজিংই ।

ভুংলমচস্তা মী অমনা মানা তৌরুবা থবক্কী চাক্লগদবা মহৈ অদুস্ত কাউবা লৈতনা নিংশিংদুনা থকসি থাসি খংবা য়াওাং ফজব। শিজিন্নদুনা অফবা থবক তৌনবা অত্তংপা লৈতনা পাউতাক পী ।

অচুম্বা ওাংবা, ভুংগী য়েংনা থবক তৌবা, অথোইবা জ্ঞান ধর্ম্ম, মীহৌবগী ফত্তবা কল, অক-ফও মশক খংবা নিংথৌ অমস্তুং প্রজাগী গুণ হাপ্পা মতীক চাউবা সভানি। নিংথৌনা মাগী শক্তি লান্ন শিজিন্নবা, ধর্ম্ম কায়না চংলকপা মতমদস্তু মানা পায়বা শক্তি অদুমক্তা মশাবু চৈয়াক পীজন্নবস্তু সমিটিগী লৈ। সমিতি অ'সনা অয়োনবা সম্পতি ভু'শিনবা নত্তবা উপাইনা শক্তি শিংজিন্নরকপা কুপ্পা মিৎয়েং চংই।

সমিতি অসি লৈবাক্কী মকোক থোংবা মীশক শাসক কর্ত্তানা আইনগী য়াংমা লান্না থবক তৌবা য়েংবা অপুনবা সভাগী শক্তি

পান্নবা সভানি। সাসক কর্তাগী লমচত্ত তোমখিন থবক তৌই। অদুমখি ওইরগা সৰ্বিতিনা তৌবা থবক খুদিংমক নিংথৌগী মিংদা তৌই।

কবন্না শেম্মী ?

লাইয়ক চম্না লৈখ্রবা ইবুধৌ কুপত্রেং, সেত্রেং মত্তমদগী হৌনা চৎনরকপা নিয়ম মতু-ইন্না শঙলেন মরুনা লুচিংহুনা শেম্মী। নিংশিংবদা উবা ঙম্বা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা পোই-নাউত্তাবা নোংদা লাইগী মকমদা পাউত্তাক পী। লৈশেম সুংশেম য়াওবা মীরয়েনগী মীথোই মীহেনবা যুগ কয়া পুক্তিবা মক-ভাকুথা মরিংবা কৌরুরগা নোংদা লাই পাখংবদা শিন্নে। লালহা ঙম্বা অহনস্থ শংলেন মরু হাপখি। পোইনাউত্তানা নোংদা লাই পাখংবদা অহল অনিগী য়াথং য়াওদনা লৈকাই পোইবা, নিংথৌগী ননিং তম্ফদে, মাংলমচকী চৎন লুত্তিন কাইকয়াই, মসি হেক কাইবদা তুংলমচত্তা অকাইবা লাকনি হায়না পাউমেনখি। চীংঙ পোইনাউত্তাগী য়াবা মতুংইন্না নোংদা লাই শংলেন মরুগী য়াথং য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্তা মরম্লাই পাংথোকখিদে।

লাইরয়েনগী চৎলম লুত্তিন্দ য়ুম্ফম ওইরগা শংলেন মরু, বলাই ৭ কী নিংথৌ পীবা খল্লগা পুম্না নিংথৌ পোংবা ১০ লেংদবা

সমিতি শেম্মী। নিংথৌ পানবা প্রদেশকী নীংতম্ব পীদুনা লৈবাক থাম্মেল্লি। মরুম অসিগী মলাই থুদিংদা কময়ৌ ৬৪ লৈ।

নিংথৌ পোংবা ১০ না তৌতিক মতমগী অপ্পর হাউসকী থৌ পুই। শংলেন মরুনা নিংথৌ পোংবা ১০ গী অপুনবা সভাদা নত্রগা মলাইগী চৎলম লুতিন কাইদনা থম্ববা তোপ তোপপা ফিজেৎ লৈতেংনা মথোয়গী গুণ হাপ্পী।

মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোক্না পানবা মতমদা মরু ভাকুপা মরিংনা ময়ুম ৭ লুচিংবা কংলৈ পীবাগী ফিংরোন মচু ভাকথি। কংলৈ মপু পীবানে শংলেন মরু মপুশিং, শমজিন খক্তা মচু ৭ কী পজেং ৭ থেৎথি।

১। কংলৈ মপু পীবাগী তোলোকথক্তা পজেং ৭ কী ময়াইদা সুমিৎলৈগী মওং লাক, সুমিৎকী শক্তম লৌ, সনানা লৈত্রেং শারগা নাচোম ফিরন থেৎহনথি।
২। ময়ুম লুরাং পীবানা শমজিনদা লৈয়োন মচুগী শমজিন - থেৎহনথি।
৩। ময়ুম খুমন পীবানা শমজিন মচু অমুবদা পজেং মনা অ-শংবা থেৎহনথি।
৪। মোইরাং পীবানা গুনালৈ শমজিনদা মুনা লাংবা পজেং থেৎহনথি।

৫। ময়ুম অঙোম পীবানা অঙাংবা শগজিন মথঙ্গা লোইদানা থাঙ্গ মখেক খোক তোলোক চিংথ য়াহনখি।

মতৌ অসুম্না ময়ুং পীবা লুচিংবশিং, লেংদবা সমিতি য়াওবশিং মাগী য়াগী কি-রোন মচু তাকুনা অপুনব সভাদা চৌংতন অনিগী মচু কয়াগী ফিজেংনা লৈতেংবগুম মখেক মচু থোক্না মীৎকী কুম্মৈ ওইনবা শংলেন মরুশিংনা মকম তাক্ক কমহনখি।

লৈঙাক্লোন সমিতিগী মথৌ অমস্নুং শক্তি মতৌক চানা পী। অপুনব সভা তোয়না ফমদবনা সমিতিনা অপুনবা সভাগী মহুৎ শিন্ন থবক পুই। সমিতিনা অপুনব সভাদা নিংথৌদা মশাগী মহুৎ পীহল্লি।

সমিতি মীফম তোয়না ফম্মী, নিংথৌনা সভাপতি ওই। নিংথৌনা হকচাং ভমত্রবা নত্রগা করিগুম্বা হৌরম অমগী সভাদা য়াওবা ভমত্রবা যুবরাজনা সভাপতি ওই। সভ অসি নিয়ম চুম্না সভাপতিনা লমজিংই। সমিতি অসিগী তোঙানব অফিস লিংই।

<u>সমিতিগী মথৌ অমস্নুং শক্তি :—</u>

সমিতি অসিনা জাতিগী মীথলগী থবক পুই। মীথন্দ ঈরাং থোকপা, মতম য়ৈথোকপা ফম্মী। সমিতিনা অপুনবা সভাগী মীফম লৈতবা মতমদা অতোপ্পা সমিতিশিং লমজিংই। মসিনা

লৈবাক ঊপ্পাং খোকপা, বাখোক লাম্বোকী বাকংপা খোইখোকপা হৌরম থর য়েংশিন্নবা সমিতি শেম্ম ওম্মী। সমিতিগী মাখং মাওদা কনাগুম্বা মীশক অমম্তা থাবা য়াদে।

সমিতীনা আইন কানুন ব্যাখ্যা তৌজনা হৈচৈ কাউন্সিল লম-জিংই। মসিনা কাউন্সিলগী বারেপ, হুকুম মিৎয়েং চংই। জাতিগী অপুনব মীকপ লৈতবা মতমদা লাকপা লানহৌ, প্রজা কয়বা সভাগী মহৎ শিন্ন শম্নাইবা ওম্মী। সমিতিগী খোইদোকপা শা লানগী আইন শেম্নবা শক্তিসু লৈ। লানগী বিচারসু সমিতিনা তৌই।

সমিতিনা মরানগী মতুংইন্না সাসক [কর্ত্তা যুবরাজ, মন্ত্রি, দেবান, বিচারপতি অসিনচিংবগী কম লৌখোকপা ওম্মী। মসিনা মীরৈবাক্তা লৈবা রাজদূত, লৈবাকী থবক তৌবা মীশক হয়া কৌবা অমসুং থবক হায়গী শক্তি পায়। সমিতিনা লৈবাক ১গা সন্ধি তৌনব ওম্মী। সমিতিনা রাজনিতিদা হৈশিংবা, মরৈবাক নীংবা মীশক মকম চাউহনবা, উপাধি পীব অমসুং লাম্নীগী লোয়শঙ লিংনবা বারেপ লৌবা ওম্মী।

জাতিগী সভাদা পুখোকদবা বিল, সমিতিশিংগী সভাপতিনা য়াংজোনবা লেংদবা সমিতিদা পুখোক্নুনা পরিক্ষা তৌহল্লি।
৭ মতৌকচাবা প্রধান কংলবা তুংদা সভাদা পুখোকই। সমিতিনা

মীয়ামগী বাথোক পুন্নমক মাইয়োক্কে। অপুনব সভানা শিন্নবা যেৎ শক্তি, থবক ওইনা পাংথোকই। খুৎ থাজৎতুনা লৌবা বারেপ সমিটিনা লেপ্পী। সমিটিনা লাকদবা মীকমগী পাউ পী। অপুনব সভাগী মেম্বরশিংদা সাসনগী মরি লৈনবা বাকম সমিটিনা ব্যাখ্যা তৌত্রুনা থংহল্লি।

মাংলমচৎকী ইবুংথৌশিংনা চৎলম্ব চৎলম নুটিন কাইহন্সনা ভুংগী বাথোক শস্তাইনবা মুন্না ব'খল তৌরগা হৈদিংঙু লোয়াম্বনা লৈঙাক্লোন অসি পুথোকখি।

সাসন্দা অপনবা লৈতনবা, প্রজা চৈরাক পীনবা পানা থাইদোক্কুদা প্রজাগী লোয়শঙ লিংই। পানা খুদিংগী লাকপা লাল্লুপ হঞ্জবা হাপ্পী। লৈঙাক্লোম মথোয়গী শক্তি কয়ামুক পী। মথোয় খুদিং শান্তিগী কমজিংবা প্রজাগা খুৎশম্নবা লৈ-বাক্কী কম্লাইবনি হায়না তৌভিক কাওবা লোয়াম্বা শিনহেল হায়-না শোয়ৈ। অশেংবদি প্রজাগী মথো মশক ভাকপা লৈঙাক্লোন পুথোকপা অসিনি।

লেংদবা সমিটি লৈবাক্কী মপুনি :—

লেংদবা সমিটি, সাসনগী হকচাং কয়াৎ ওইরবদা মস্তনা জাতিগী অপুনবা সভানা সমিটিবু থাইবগী চাঙরা লৈবাক্কী চুক্তি

পাররহল্লি। লৈবাক অসিগী আইন্না শেম্বা সরকার অমনি। সমিটি মখাগী মেম্বর লৌথোকপা য়ানবা মভানা সমিটিসি লিংই। মতম চুপ্না লেংদনা লৈবা সমিটিনা অপুনবা সভা কৌনবা মতম লেপ্পী। মরম অসিনা সমিটি অসি লৈবাক্কী অশেংবা মপুনি। সমিটিগী মথৌ য়াম্মী। সমিটিনা শক্তিগী ওমথে, আইনগী মতৌক মপুণ চেৎনা পায়। সমিটি অসিগী মথক্তা লাকপা রাকৎ মতম থর থিংজুনা থম্মী, মতুংদা সমিতিনা পাউখুম পী।

মন্ত্রিশিংগী মরানগী মতুংইন্না মথোয়গী ফম লৌথোকপা অমদি ফম হাপ্পগী শক্তি সমিটিগী লৈ। লেংদবা সমিটিনা শা লানগী রারেপ লৌজুনা লাউথোকপা নত্রগা মরি লৈনবা লৈবাক্কা সন্ধি তৌনবা ওম্মী। মথোয়না লৈবাক্কী অহৈ অশিং কৌবগা সাসনগী পাওতাক পীহল্লি। মিংচৎ খুদিং সমিটিদা পী। সমিতিবু লমঙ্গিংবা মীশক্তা লমজিংনবগী মরম পীহল্লি। মরম কয়া অসিদগী লৈবাক্কী রাষ্ট্রেন সাসনগী অশেংবা মপুদি লেংদবা সমিতিনি।

সমিটিনা থংহৌদনা থোকপা থৌদোক নত্রগা অরাবা শা-লানগী রারেপ লৌনবা সাসন পুরিবা মন্ত্রিশিং লমজিংই। মন্ত্রিনা রারেপ লৌদ্রিবৈঙ মমাং সমিতিনা লৌগদবা রারেপকী ব্যাখ্যা তৌজনা থংহল্লি। লৈবাক্কী কেন্দ্র খুদিং মত অমত্ত ওইনা

রারেপ লৌহল্লি। অসিগুম্ব তোমখিন শাৱ লৈবাক্কী রাজনিতিদা লমজিংবশিংনা প্রজাবু চুম্ন লমজিংহনা সমিতিগী ইজৎ লৈহল্লি। মরম অসিদগী লেংদবা সমিতি, নিংথৌ পোংবা ১০ লৈবাককী অশেংবা মপুনি।

---

## তরুকশুবা শরুক

প্রজানা সাসন তৌবা লৈবাক

আইন চৎহনবদি নিংথৌ মন্ত্রিনি :—

প্রজানা সাসন তৌবা লৈবাক্কী আইন কানুন থবক্তা ওনম থোকপা খ্বাইগী চাউবা সাসক কর্ত্তাদি নিংথৌ, মন্ত্রিনি। নিংথৌ অমস্তুং মন্ত্রি মণ্ডলনা লৈঙাক্লোম্না পীবা আইনগী শক্তিশিং অদু থবক্তা পুম্না পাংথোকমিন্নৈ। লৈঙাক্লোম পীবা আইন কানুন

অমাম্বা শরুক হৌজিক মতমগী লোক সভাগী লমচৎনি । লৈ-ঙাক্লোম নিংথৌগী মথৌ, আইনগী শক্তি য়াম্না পীরবস্থু মহাক লৈবাকী লুচিংবা ওইনা লৈ ।

নিংথৌ, যুবরাজ খন্নবা মথোৎপগী মপান্সি :—

জাতিগী অপুম্ব সভানা পুন্সি অমগী নিংথৌ খল্লি । কনা-গুম্বা নিংথৌ মচা অমা মাগী নিংথৌ ওইবগী অধিকার লৈরবদি নিংথৌ ওইবা য়াই । খুদম:— নিংথৌরেল খুজাওবা থারা পান্দে, মনাওনা পোকপা পাইথোক্লদা রাজগাদি পীখি । পাই-থোম্বা থারা পান্দে, মনাউনা পোকপা চরাইরোংবদা রাজগাদি পীখি ।

যুবরাজনা নিংথৌগী তেংবাংবা ওইনা মশাগী ওফিস লিংই । যুবরাজনা নিংথৌগী রাজনিতিগী শক্তি পায়দুনা থবক পুই । অদুম ওইনমক মথোয়গী মরান লৈরবদি অপুম্ব সভানা মরানগী মতুংইন্না মফম লৌথোকপা য়াই ।

নিংথৌগী মথৌ, শক্তি :—

জাতিগী অপুম্ব সভা নত্রগা নিংথৌ পোংবা ১০গী য়ারেপ মতুংইন্না মন্ত্রি, দেৱান, সাসক কর্ত্তাশিংগী ফম হাপ্লগা অমদি মফম লৌথোকপা অসিনচিংবা হীরম কয়া নিংথৌনা পাংথোকই ।

নিংথৌনা ভকমান পীবা, শা লানগী লাউ্থাকপা, প্রজাবু মরান দগী ক্তোকপীবা, দান ভৌবা, কোর্ট মা'সেলগী আইন চৎনবা লাউথোকপা য়াথং পুন্নমক নিংথৌনা ভৌই।

নিংথৌনা মীকৈবাক্তা য়রি লৈনবা কুন্তনিভিদা হৈশিংবা মীশক থন্ন, মথোম্নবু হম কৌবা, লেংদবা সমিটিগী রাহেপকা চান্ননা ভুং কোইনা লৈবাক মড়া চেৎনবা থবক পুই। মহ'ক গুাক শেন্নগী সভাপটিনি, লান্মীগী মক্তোক থোংবা কমান্দেন্তনি। দরকার লৈরবা মতমদা অপুন সভা নিংথৌনা কৌই। সভাগী সভাপটি ওইনা নিংথৌনা মীফমগী থৌরাং পুন্নমক শেম শাই। সমিটীশিংগী উপ সভাপটি ওইবা মীশক সভাগী থম্না লৈনবা অসিদা শরুক য়াডুনা পাউভাক পীবিনবা বত্তন পী। সমিটিগী মেম্বরশিং সভা অসিদা শরুক য়াই।

---

# তরেং শুবা শরুক

## কেন্দ্রদা মন্ত্রি মণ্ডল :-

লৈবাক অসিগী মন্ত্রি মণ্ডল লিংই। মখোয় লৈবাক অসিগী লৈঙাক্লোন্না পীবা রায়েল পথাপ পাংথোকপা অচৌবা সাসক কর্ত্তানি। মখোয়না মকোকথোংবা সরকারগী লোইশংশিং রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা লৌখিবা রায়েপকা চান্নইন্দুনা মখোয়গী মথো পাংথোকই।

অসিগুম্বা রায়েপশিং, অটৈ সাথাশিংদা পাংথোক্লবগী থবক-সু মখোয়না পুই। মখোয়গী মতৌদি লোক সভাগী লমচৎনি। অশেংবদি লোক সভ কোদোকথি হায়বা পৃথিবীগী সংবিধানগী রেকোর্ডনা প্রমান তৌরে। লৈবাক অসিদা অপুম্ব মেম্বর ৬৪ লৈ। মসি মল্লাই অমগীনি। জাতিগী অপূনব মশিংদি ৪৩৮ নি। হৌজিক মতমগী মনিপুরগী মেম্বর মশিংদগী হান্নগী মল্লাই অমগী মেম্বর মশীংনা হেল্লি। মরম অসিদগী মল্লাইগী রায়েন অশেংবা লোক সভানি। মসি ব্যাখ্যা তৌবদা তাঙ্গরে।

<u>করম্না শেম্মী ?</u>

মন্ত্রি মণ্ডল যুবরাজনা লুচিংঙ্গনা শেম্মী। মন্ত্রি মণ্ডলগী মীফম-দা কেন্দ্রগী কর্ম্মচারী মকোক দেৱাল মহাক্না পুবা লমগী মীহুৎ ওইনা থম্ন নৈনবা য়াএই। দেৱালশিংনা মন্ত্রি মণ্ডলনা প্রজাগী শেমগৎ শাগৎপদা লৌখৎলকপা আইন থাজনা চৎলি। মখোয় পূম্নমক লৈবাক্কী মকোক থোংবা নিংথৌগী মহুত্তা হুকুম পীবা ঙম্ব ফম্নাইবনি।

মন্ত্রি মণ্ডল লৈবাক অসিগী রায়েন সাসনগী লুচিংবনি। মখোয়গী থবক্তা চিংনরবা লমচৎ মোৎলবা মতমদা পোংবা ১০গী য়াথং অমনা নিংথৌনা মখোয়বু মফম লৌথোকই অমসুং মহুৎ হাপ্লসু ঙম্মী।

<u>মণ্ডল মীফম :—</u>

অথন্নবা থেইদোকপা হীরম অমগী যুববাজনা মন্ত্রি মণ্ডল মীফম কৌই। মীফম অসিগী সভাপতিসু মহাক্না ওই। মান্ত্র-শিংনা মখোয়গী মথৌ লোইরগা নিংথৌ থৌগল তৌবা ওইনা পূম্না মখোয় মখোয়না পুবা থবক্কী মরমদা রা তাম্নৈ। সাসন তৌমিন্নবশিং অমগা অমগা ঈ পাউ ফাওনড়ুনা রায়েন থৌদা পুমিন্নৈ। যুবরাজনা থবক্তা মন্ত্রিশিং লমজিংই। মখোয়গী ... য়াম্না চম্মী। মথক থোংবা লোয়শঙনা লৌখিবা রারেপকা

চান্নবা রায়েপ লৈই। মন্ত্রিশিংনা মান মান পুবা থবক্তী মরমদা খুৎৱা চেৎ হৌরম মথক থোংবা লোইশংদা পুথোক্লুব যুবরাজদা শিংমৈ।

শক্তি অমত্তং মথৌ:—

মন্ত্রিশিংনা মখোয়না পুবা লোইশঙশিংগী মকোক থোংবা অফিসারশিংদা মথকথোংবা লোইশঙগী রায়েপ, আইন কানুন শান্না হায়দুনা মখোয়গী থবক্তা খুৎৱৌ চেৎ অরাবা মন্ত্রিশিংদা পুথোকহন্নি। মখোয়না অককুবা মফম অমগী লোইশঙশিং লমজিংই। মন্ত্রিশিংন পোংবা ১০ গী পাউন্ডাক মতুংইন্না লৈবাক রায়েন সাসন থাক মম্মনা পুরক্লুবা থৌরাং তৌই। মখোয়না লৈবাক অমগী নত্রগা মফম অমগী থৌরাং তৌরিবা যুবাল-কৈবাল, মীতোপ চংলকপা ঙাক শেনব, প্রজাদগী কারকপা শেল খরচকা চানত্রবদি সাসন্দা অকাই অতোই থোক্তনবা হৌরম অসিদা মিৎয়েং চংদুনা মন্ত্রি মণ্ডলদা অমুক হন্না থমৈ।

মন্ত্রিনা লৈবাক অসিগী রাজনীতি "নৈতিক চরিত্র" দা পুক্নিং চংবা প্রজ শিংবু লমজিংই। মণ্ডলনা প্রজা মশা মউ ফনা লৈনবা, মহৈ মশিংগী হৌরমদসু মিৎয়েং চংই। মন্ত্রিনা লৈবাক হৈরাং থোক্তনবা প্রজাগী পুক্সি চাউখৎনবা, হৌরম খরদা মীরৈ-বাক্তা চাংদম্নবা য়ানবা প্রজাগী পুক্নিং থৌগৎতুনা লমজিংই। থৌবাংশিং অসিনা শা-লান মাইয়োক্লবগী শক্তি শাগৎপদা উপাই

ওই। লৈবাক অসিদা ইরাং থোরকপা ডাকথোক্কবা তোঙান তোঙানবা বিভাগশিং বিচার শঙ লিংই। সমিতিগী রারেপ মতুং ইন্না মখোয়না মরান লৈবা মীশক দশু পী। মখোয়না প্রজাগী মতীক মগুণগী মতু ইন্না থবকশু পী।

কৈবাক অসিদা লোয়শঙ কয়ামুক লৈ, মখোয় অস্থদিং:–

১। বিদ্যাগী লোয়শঙ ২। জঙ্গলগী লোয়শঙ ৩। লম্মী থোংগী লোয়শঙ ৪। পাংকী লোয়শঙ ৫। অনাশঙ ৬ বিচার লোয়শঙ ৭। মপান্দগী শেল তাম্লবা লোয়শঙ ৮। লৈবাক শেমগংপা লোয়শঙ ৯। লৌকংশঙ ১০। থোং পুথাকপা লোয়শঙ ১১। খুংশা কৈবগী লোয়শঙ ১২ কুতনীতিগী লোয়শঙ ১৩ থানা লোয়শঙ অসিনি।

মন্ত্রি খুদিং লোয়শঙ অমমমগী মকোক থোংবা অফিসারনি। ডাক শেনব লোয়শঙ থানা, নিংথৌ, যুবরাজনা পুই।

মগুলগী গুণ :–

লৈঙাক্লোন্না মন্ত্রি মগুলদা শক্তি য়াম্ন পী। মখোয়না প্রজা নম-হাত্নবা থবক তৌহন্দে। মশা মতোমতা মপুক্লিংদা থবক তৌনিংবা পোকহল্লি। অাইন্না মী খুদিংগী ল্লাইবক লেপহল্লি। মগুলগী গুণদি মন্ত্রিনা পুবা থবক্কী মরমদা লাকপা রাজং

মরি লৈনবা মন্ত্রিশিংনা প উথুম পীহল্লি। মখোয়না মখোয়গী পাংথোকইবা অমদি পাংথোক্লদব থবক্তী মরমদা মপুংফানা ব্যাখ্যা তৌই।

কনাগুম্বা মীশক অমনা চিন্না নত্রগা অইবনা মাগী পেন্দবা কোংদোকপা য়াই। মরি লৈনবা মন্ত্রিনা আইনগী মতুংইন্না চাংয়েং তৌদুনা মন্নানগী মতু ইন্না বাতেম্মী। মখোয় খুদিং হিদাক্লবগুম্না সমিতিগী য়াথং পাংথোকই। মন্ত্রিনা পুবা লোয়শঙ-দা মী থবক হাপ্পা য়াই মতুংদা নিংথৌগী অয়াবা লৌই। ঙ্যাই লৈবা কৌরম চাংয়েং লৌরগা সমিতিদা পীখৎলি।

মাইকৈ অমরোমদা যুবরাজ মন্ত্রি মকোক নত্তে। মহাক্না মন্ত্রিশিং মগুং মপান ফাওনা মখোয়না পুবা থবক্তা শয়া হায়দুনা থম্মাক থোগৎলি। মন্ত্রিশিংগী মরক্তা কাণ্ডলুপ শায়বা আইন্না থিংই।

মন্ত্রি দেবালশিং পুম্নমক নিংথৌ যুবরাজদা মখোয়গী মপুন্সি লমন তোনবগুম থম্ফল্লি। মখোয় খুদিং রায়েল সাসন্দা পুন্না তৌমিন্নৈ। লৈঙাক্লোন্না মন্ত্রিগী মথৌদা নিংথৌ যুবরাজ অনিমক মতেং পাংহল্লি। অশেংবদি লৈবাক্তী রাজনীতিগী চুম শোং মন্ত্রি দেবাললনা পায়। মখোয়না মখোয়গী মথৌ পাংথোকপদা সভাগী রায়েপকা চানহল্লি।

---

মন্ত্রিনা ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিগী র'থোক্লা দেশ কাংথোং চাইখিবদু অমুক হন্না থোক্তনবা লৈঙাক্লোম্মা অতোপ্পা রাজনীতি লিংবা থিংই। প্রজাগী মীহুৎনা সাসন তৌবা রাজ্যেল অসি মন্ত্রিগী থৌরাংনা মীয়াম্না পাম্না চৎহল্লি। নিতি অসি থুগাইবা মীশক প্রভাব্ নিংখিনা ঙাকহল্লি। করিগুম্বা মখলগী ইরাং হৌরকপদা মন্ত্রিনা মাইথোক্লে। সাসন থুগাইনবা হৌরকপা লানহৌগী লুচিংবা মীশক লৈঙাক্লে'ম্মা পীবা ধারাগী মতুংইন্না দণ্ড পীদুনা রাবকই।

লোয়াম্বা নিংথৌরেলনা চৌং-তম অনিগী অপূর্ব্বা সভাদা লৈবাক লৈশেম জুংশেমগী রারী নোংদা লাইরেল পাথংবা ১সুং থুম্মোই তোম্পোক অনিদা শংলেন মরুশিংনা পীখিব পাউতাকশিং মন্ত্রিনা মীয়ামদা নৌনা ব্যখ তৌদুনা প্রজাগী থম্মোই ফাই।

চৌং তম প্রকাশিংদা নিংথৌরেলগী ফজবা রাঙাং তারগা মতৌক চাবা মথোয়গী অমত্তা ঙাইবা নিংথৌরেলনি হায়না অমুক হন্না শক খংখিবা মরীক চুম্বা মন্ত্রিগী পাউজেল অদু তারগা মীয়াম্না মন্ত্রিবু ইকাইখুম্নে। নিংথৌরেলগী শান্তিগী লমজিং থৌরাং অদুদি মখাগী অসিনি।

১। শিনকমগী মতুংইন্না যুম্নাক থোনবা।

থূদম:— শাইরেম যুম্নাক অসি গরীবনৌরাজগী সানা হাক্তকা শাইথোম ওনখিবা নৈ।

২। আইনগী মাংদা নিংথৌ, মীচম প্ৰজা থেঁৱবা থমদবা।

৩। মীৱৈবাক্তা রাজনীতিদা তে'বাংবা থিংবা।
থাৱা অসিগী মথাদা সানোংবা, নৱেন্দ্ৰজিৎ অনিমক মপুন্সি চুপ্পগী লৈবাক অসিনগী তাথোকখি।

৪। মখানা য়াদব মুপী তীম্নবা, মুপীনা মুপা লোনবা থি'বা।
(ক) থারা অসিগী মথাদা মৈদিংগু তবুংবা হ'ৎপগী দণ্ড ক'খি
(খ) থারা অসিগী মথাদা খুঙ্গে,ইনখিবা মীশক য়াম্মী।

৫। শেল শাবা থি'বা
মৈদিংগু চয়াইরোংবনা শেল শাবা মীশক থয়া মপুন্সি চুপ্প' জেল পীখি।

৬। মচিন থিবা, হুয়ানবা, মীনম্বা পাউ শন্দোকপা থিংবা।
(ক) থারা অসিগী মথাদা চয়াইরোংবনা মী ৮ থক হুয়ানবগী দণ্ড, প্ৰান দণ্ড পীখি।
(খ) মৈদিংগু পাইখোম্বনা মচিন থিবা, মীনম্বা থবক তৌবা মীশক মনাতোন কক্কুনা দণ্ড পীখি।

৭। সাসন থুগাইবা মীশক হাৎপগী দণ্ড পীবা।
(ক থারা অসিগী মথাদা শোক ১১০২ দা মৈদিংগু চয়াই-রোংবগী মথক্তা লান্দাবগী মী থয়া শেলগী দণ্ড পীখি।

---

লৈঙাক্লোন

মী ৩১ না হাৎপগী দণ্ড পীখি। শোক ১৭০৯ গী তুশুক লানফমগী লানফা ১৫ বণ্ডি পীখি।

(খ) শোক ১৮০৬ তা থাংগেম্বগী মথক্তা শানহৌবগী মনাও হৈবুঙো শানোংবা হাৎপগী দণ্ডদগী কোকপীদুনা মপুন্সি চুপ্পা কাছারদা বণ্ডি থমখি।

(গ) মহারাজ নরসিংহগী মথক্তা লানহৌ তৌবগী চরাইরোংবগী থাম্না মেলৈখোম্ব মচৌন তুশিল্লগা থাউদা চান্দুনা ঈশিংদা থাদদুনা হাৎখি। মনাওমুপা অমসু পুন্সিগী জেল পীখি।

(ঘ) চন্দ্রকর্ত্তিগী মথক্তা লানহৌ তৌবগী মহারাজ দেবেন্দ্র রাজবণ্ডি ওইনা থাগী লুপা ৫০/- পীদুনা ড কাদা থমখি।

(ঙ) শোক ১২৪৭ তা পুরাণ থাবগী মথক্তা খুমন্ন শোক ৬৩ গী যলাই ৭ কী ফ্রন্টকী রারেপ থুগাইদুনা লানহৌ তৌবগী খুমন নিংথৌ কাকপা হাৎপগী দণ্ড পীখি। হৌজিক খুমন যলাই পোংবা ১০গী ম্রাথং মতুংইন্না সেম্ভরনা সাসন তৌখি।

(চ) মৈদিঙু মধুচন্দ্রগী মক্তাইবুংডো নাওল সিংহ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মথক্তা লান হৌবগী লৈবাক অসিদগী তাংহাকখি।

৮। প্রজাগী দাবী সরকারনা পীবা ওয়বা থৌরাং তৌবা।

৯। সাসন্দা থাক মাপ্পনা থম্লবা ভম্পুক্কী লম শরুক ৬ খোক্না খাইদোকপা। শরুক অমমম্ব পানা নত্রগা ল'লুপ কৌবা।

(ক) থারা অসিগী মতু ইন্না লৈবাক অসি মথাগী অমুশ্না শরুক কয়া থায়দোকখি।

১। অভৌবা লুপতিন
২। নোংমাইলুপ খোঁচালুপ
৩ অংকা লুপ কোংচালুপ
৪ খুরাংলুপ লুপখুবা
৫। লৈচোন্নাকপা তোলোম্বলুপ
৬ খাইক্তকপ অসিনি।

১০। পানা খুদিং মী কা লুপ কাংলুপ থায়বগা অকক্লবা মতম অমদা লৈবাক্কী থৌ পুন্নবা। মথোয়গী মথক্তা লৈবা সরকারগী থৌ শায়বদি খাজনা কোকপীবা।

১১। চহি ১৮ শুরবদি মুপা, মুপী খুদিং লাল্লুপ কাবা। থা ৷ অাসগী মতু ইন্না লাল্লুপ মুপীশিং লানগী বিত্ত মতৌকচানা তম্বী। শোক ১৪৪৩ দা মকারানী লিম্বোইংগম্বীনা মুপী লম্মী পুচুনা অক্লাগী লান থেংনখি।

১২। মতীক মথৌ ৷ লৈবা মশক্তা মনা মথুম পীবা।

---

(ক) থারা অসিগী মথাদা মৈদিংঙু পাইখৈ'স্বনা মতীক মথৌনা লৈবা মীশক্তা মখোয়গী ভোবিমর্দ খংবা উৎপা ওইনা লান্দগী ফংলকপা সম্পত্তি শাথন মনা ওইনা পীখি।

(খ) শোক ১৬০৫ দা খ'পেস্বনা মাগী কম্নাইবশিংগী থাক লেপ্পগা সানা লুপানা শাবা মনা মথুম য়েস্থোকখি। কম্নাইবশিংগী লুপানা শাবা দলাই পী। নিংথৌরেল-গীনা সনাগী দলাই, লুহুপ, শিজিন্নখি। মতীক লৈবা অথৌবশিংনা লুপাগী লুহুপ পীখি।

(গ) মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মতা ইবুংঙো দা মতীক মথৌনানা লৈবাক নিংথৌগী অরাবা কোকহনখিবগীদমক মনা লৌ থুমখোং থরা পীখি।

(ঘ) পাউনমচা নাওল সিংহনসু মাগী মরৈবাক লৌংবা, রাজ-ভক্তি লৈবা থোইদোকপা হীরম থরগী মনা লৌ ৪ পীখি।

১৩। মীরৈবাক্তা মহৈ মশিং ললোন ইতিকী মখি থবা।

(ক ধারা অসিগী মতুংইন্না পোং নিংথৌগা মহৈ মশিং বিদ্যা অমস্থং ললোন ইতিকী মরি লৈনখি। পুংরৈবা ওঝা পোং নিংথৌদা পীখি। পোং নিংথৌনা চৌন্না খোংবা যন্ত্রবাসিঙ্গুস্বগী বিদ্যা হৈবা ওঝা লৈবাক অসিদা পীরকই।

(খ) নাটথিংখোংগী মতমদগী চৌংথুরেগী মহারানীগী মপাম লৈবাক্তা ফী-রোন শাবা, খুং শা হৈবা, পুং য়েৎবা, ঈশৈ লোংমাইগী ওঝা কয়া পীখি। মখেয় অহু হৌজিক মিথিলি কায়না থংলৈ। মখোয় বিহারগী লমখৈ অমদা লৈ। মখোয় অশেংবা মৈতৈ জাতিনি। মফম অহুদা মখোয়দগী হেন্না পীকপা জাতি অমা লৈতে। ভারত সরকারগী মীশীং য়ামদবা জাতি থাক মায়হনবা থৌরাংগী মথাদা মথৌ মশক থংবা, মীচান মীবাই নাইদবা বিহারগী চীফ মিনিষ্টর করপুরী ঠাকুরনা ইকুই কুইদনা মীশীং য়ামদবা মীথিলি জাতিগী লোন ৮ শুবা সেদ্যুলদা চনশিন্দুনা শক থংখ্রে। মসি মৈতৈগী য়াম্না কায়বা থাজহন্না য়াৎপা হিরম অমনি। মরম অসিনা মিথিলা হায়বগা মনিপুর হায়বগা অমত্তনি। মনিপুর জাতি হায়বগা কংলৈবাকী মৈতৈবু থংলৈ। মিথিলা হায়রগা কংলৈবাকপু থংনগনি। মরম অসিনা মিথিলা লোনবু ৮ শুবা সেদ্যুলদা চনবগা মৈতৈলোন শক থংলে হায়বগা অমত্তনি।

(গ) মৈদিংগু চরাইরোংবনা বর্মাদা কলচরেল প্রোগ্রাম থমদুনা মৈতৈগী বিদ্যা কয়াগী ওঝা থাংখি। বর্মানা থৌরী

হাইবী, চৈগী ভগোই শাবা মী কা'লুপ কা'লুপ থারক্লুনা বুক্নো উৎখি।

১৪। মীরৈবাক্কা লৈবাক অসিগী লৈঙা'ক্লান শন্দোকপা। ধারা অসিগী মথাদা মীবৈবাক মচা লানফাশিং মখোয়গী মতৌক মখোৌনাগী মতুংইন্না মখোয়গী মরোম্দা অনুবাদ তৌহন্দুনা মরৈবাক্কা লৈঙাক বিগ্যা অসি শন্দোকহনখি। মখোয় নিংথৌরেলনা মক্কম চাউনা পীরুনা মৈতৈ ওনহন'খ।

১৫। মীবৈবাক্কা কুতনিটিগী মবি থম্বা।

(ক) ধারা অসিগী মথাদা থ'নবা লৈবাকশি কায়বদি— ঢ'ক্কা চত্তগোং, ত্রিপুরা, তেকথ' ও, অহোম, ব্রহ্মপুত্রনা কোম্বা আসামগী নিংথৌ পাম্বা লৈবাকশিং, স নষ্টেট, চিন, বর্ম্মা অমসুং অতোপ্পা দেশশিংদা কুতনিটিগী মী থমখি।

(খ) শোক ১৫৩৭ মৈদিংগু কবোম্ব সানা কাক্কক্কা অহোম নিংথৌগা কুতনিটিগী মীশক থাদোক থাজিন তৌনখিবগী মরম ইতিহাসনা শেংনা তাকই।

(গ) শোক ১৬৬৬তা মৈদিংগু পাইখোম্বনা থিবোমৈ কোহিমাদা কুতনিটিগী মী থম্ব হোৌখ।

১৬। করিগুম্বা লৈবাক অমদা লান্দাহুনা লম লৌশিন্দবা।

(ক) লৈঙাক্লোম্ন হায়বসু লৈবাক অসিনা মশীং লাকঙমদন,

শাম্লেংনখি। ল্যানফম খুদিং মৈতৈ ফাৎ ওইখি। মতুংদা লৈবাক অসি মিত্ররাজ ওইনা লৈখিন্নখি।

(খ) শোক ১৬৯১ দা মৈদিংগু খাগেম্বনা চিন লৈবাক জয় তৌই। মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাকপনা লমদা লমখৈ য়াৎপা অমসুং কুত্তনীতিগী মী থম্নবা সন্ধি তৌবা চিনদা চংখি। চিন্ন মমিংঙা ওইনা নিংথৌরেলগী লেমজুনিংঙাই ওইবা খুদোন পোৎ থারকই।

১৭। মাংলমচন্দ্রগী চৎনরক্লবা নিংথৌগী পোকপদগী লোইনরকবা শক্তি অমসুং মথৌ ইরাৎ পঞ্জা তৌবা, লাইশঙ ঙাকপা, লাইশঙগী অধিকার মাইবা লোঙ্গশঙ পণ্ডিত লোইশঙ, শঙ-লেন মক হাপ্পা অসিনচিংবা লৈবাক্কী মরি লৈনবা থানবা য়াদ্রবা থবক নিংথৌদা শিন্নবা, পীবা।

১৮। শেলথুম চাউখৎ থৌরাংগী লোইশঙ লিংবা, মহৈ মশিং, বিজ্ঞান থিজিন্ন, লম্বী থোং জঙ্গল শেম্ব, পৎ শেমগৎপা অসিনচিংবা প্রজাগী চাউখৎ থৌরাং হকথেংনবা থবক পুবা মীয়ামগী মীহুৎ মন্ত্রি মণ্ডলনা পায়বা।

১৯। মীরৈবাক মচা চংশবকপা লৈফম পীবা।

ক) ধারা অসিগী মতুংইন্না কাইরেনচা সন, হাক্কা ব্রহ্মপালগী

লাজগী মতুংদা লাপ্পা থরা লৈবাক অসিদা লৈরোই। মথোয় অয়াম্বা ব্রহ্মণনি হায়না থাজবৈ। মসিনা মীত্তোপ চংলকপা অহাম্বনি, মখোয় মৈতৈ ওনখি।

(খ) মৈতৈগা লাম্নেংনবা লানফম খুদিংগী লানকাপিং লৈবাক অসিদা লৈখি। মখোয় অয়াম্ব মৈতৈ ঈদা ভিনখি।

২০। প্রজানা মাগী পীকম থোনপ থাজনা পীব ভুমত্রবা মাগী অবৈবা পোৎ চৈ হায়বদি ফৌ চেং, মনা মশিং কত্রগা করিগুম্ব মমল নাইবা পোৎশক অমা শেলগী চাং লেপ্লগা থাজনা ওইনা পীহনবা।

থারা অসিগী মথ দা লোয়'ম্বনা থাজনা পীবা ভুমত্রবা প্রজাদগী শেলগী চাং লেপ্লগা পোৎচৈ, ফিরোন ওইনা লৌবা হৌদোকখি।

২১। নিংথৌ ফি লাম্না শিকিন্নবা থিংবা।

রাকম অনিগী রাথোক কয়া লৈবাক অসিদা থোকখি। আইন থুগাইনা চৎপা অকনবা অভোম্না শোক ১৭২৩ দা মৈদিংঙ, নোংইন ফাবা, মমার্সিজ অনিমক হাৎখি। মুপী হাৎপগী থৌদোক অসিনা অনিশুবনি।

ধর্ম্মনীতি, রাজনীতিনা নৈহৎপীরবা লৈবাক অসিগী প্রজাগী পুক্লিং খংলবা, ভুংগী য়াম্না উবা, মতীক মগুণ চাউবা নিং-

থোরেলদা থম্মোই শেংনা মৈতৌরোম্বগী ভংন-থানবা লৈন্ডনা লৈমিন্নরক্লবা শান্তিগী লমজিং খিনদুনা পাউত্তাক পীবা অসিদা নিংথৌরেলবু থাগৎলম্খি ।

থম্মোই শেংবা প্রজাগী থৌরাল ফংলবনা নিংথৌনা শণ্ডলেন মরুপ। রা তান্নরগা চহি অনিমক্তদা লাইরম্নেন্দা চৎথিবা লৈশেম সুংশেম য়াওবা লাইরাম পুম্নমক্কী খুবম মথং মনাও লাইনা শেমত্তুনা অনৈ চাজা লাং মীয়াম হৌনা ঔগ্রী হংগেন চোং লাইয়ামশিংগী মথোংখা পুক্তি সুংশাং থৌনিখি ।

গরীবনীরাজ মতমদা লৈরক্লা নিংথৌ পোংবা ১০,
মলাই কমথৌ ৬৪ ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীযুক্ত | ভোলেন ভোম্বা | যুবরাজ |
| ২। | ” | সাপা পুখ্রম | মন্ত্রি |
| ৩। | ” | সানা খিদ্ম কৈরুংবা | ” |
| ৪। | ” | বামোন গঙ্গারাম | ” |
| ৫। | ” | শৌগ্রাকপম অকোং | ” |
| ৬। | ” | সলাম অপাং | ” |
| ৭। | ” | হাওবম শ্যামা | ” |
| ৮। | ” | বামোন হঙ্গবা | ” |
| ৯। | ” | বেঙ্গল হঙ্গবা | ” |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১০। | শ্রীযুক্ত | নহাকিপম শঙ্খেন হজৌবা | থাগা |
| ১১। | ” | লাইতোজম্বম কৌংবাৰ | ” |
| ১২। | ” | থমাং পর্শাবা | সেনাপতি |
| ১৩। | ” | খানি শাই | ” |
| ১৪। | ” | কৈরেন | ” |
| ১৫। | ” | হাওবম অকোং | ” |
| ১৬। | ” | খুমৈ লুপা | ” |
| ১৭। | ” | সাপা ক্যাবা | ” |
| ১৮। | ” | থিয়া পুকচাও | ” |
| ১৯। | ” | থম্বাংবা | ” |
| ২০। | ” | থাংজম চক্রপানি | ” |
| ২১। | ” | অয়াং | মেজর |
| ২২। | ” | থাংজম যাইকুলি | ” |
| ২৩। | ” | হুইক্রোম্ব | ” |
| ২৪। | ” | পেংসিবা লমথক | ” |
| ২৫। | ” | বাংখৈ লৈতোন | ” |
| ২৬। | ” | চেকশা নংক্ষে | ” |
| ২৭। | ” | চেকশা তম্বে | ” |
| ২৮। | ” | মুমলেম্ব কৌপেং | ” |
| ২৯। | ” | পাশাম হুইক্রহম্ব | ” |

মণিপুর

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩০। | শ্রীযুক্ত | গ্যাবশাই | খুইবংকপা |
| ৩১। | " | আনন্দ শাই | বাংথৈলাকপা |
| ৩২। | " | গদাধর শাই | লৌরুংপুরেল |
| ৩৩। | " | লৌরেম খোংনাংখাবা | পণ্ডিত |
| ৩৪। | " | গুনক খেংজ্রা | " |
| ৩৫। | " | নিঙোম্ব অকোং | " |
| ৩৬। | " | শাক্লোল খুংখাই | " |
| ৩৭। | " | য়াঙ্কেম থৌগাক | " |
| ৩৮। | " | খোইরাং লুলহাব | " |
| ৩৯। | " | খোংবম হিরাইব | " |
| ৪০। | " | লিশাংথেম খোম্বা | " |
| ৪১। | " | শামুরৌ চিংগোং | " |
| ৪২। | " | বাংচু বাজি | " |
| ৪৩। | " | কমেং কমিব | " |
| ৪৪। | " | অচোম গোপী | " |
| ৪৫। | " | শান্তিদাস গোসাই | " |
| ৪৬। | " | অচৌইব গুণ সিংহ | শামু হজবা |
| ৪৭। | " | হাওবম হজবা | খগোল হজবা |
| ৪৮। | " | হাওবম পুখ্রম | পুখ্রম |
| ৪৯। | " | হাওবম পুখ্রম | অরম্বুম লাকপা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫০। | শ্রীযুক্ত | ঙাঙোম কৈরুংবা | কৈরুংবা |
| ৫১। | " | পোৎশুংবম হিদং | হিদং |
| ৫২। | " | রাযেন মহাকপা | শংলেন লাকপা |
| ৫৩। | " | ঙাঙোম মাইতেক | হিদাক ফজবা |
| ৫৪। | " | কবো কোপেং | হিদং |
| ৫৫। | " | লাইকম রাঙোল্ | শংলেন লাকপা |
| ৫৬। | " | চন্দ্রশেখর | শেলুংবা |
| ৫৭। | " | তারাচান্দ | " |
| ৫৮। | " | সোরাইশম শ্রীদাম | " |
| ৫৯। | " | বলরাম চরন | " |
| ৬০। | " | শাপম লোয়াম্ব | " |
| ৬১। | " | মাইস্ন পুকচাউ | " |
| ৬২। | " | যুমলেম্ব | " |
| ৬৩। | " | উশব কোপেং | " |
| ৬৪। | " | লোরেম্ব | " |

মৈদিংঙু লোয়াম্বনা প্রজাতন্ত্র লিংজুনা চৌজিক মতমগী লোক সভা অমসুং রাজ্য সভা অমসুং লোক সভাগী নিয়ম থরা হৌদোক্লম্মী হায়বা মৎকী থৌরাংশিং অসিগী থংবা ছম্মী।

জাতিগী অপুনব সভানা মন্ত্রি মণ্ডল হাপ্পী। মখোয় লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী চাউবা শক্তি লৈবা কম্নাইবনি। সভা লৈতবা মতমদা মখোয়না শীংথানবা য়াবা মতৌক চানা থৌ পুই। মখোয়না সভানা লেপ্পখিবা য়ারেপকা চান্না লৈবাক ঙাকই। মন্ত্রি মণ্ডলনা ফিরেপ অমগী নেসনেল এরিয়া, ওটোনোমস রিজিওনগী লৈঙাকপশিংনা পীখৎলকপা য়ারেপ লৈঙাক্লোন্দ শোকপা ককপা ঙম্মী। মন্ত্রিনা অপুনব লৈবাক্কী এলাকা চপ্প লমজিংই। নেসনেল এরিয়া, ওটোনোমস রিজিওনগী লৈঙাকপশিংনা মন্ত্রি মণ্ডলগী মতৌগুম চপ্প লৈঙাক্লোম্ম পীবা শক্তিগী মপুংচপ্পা য়াথেংদা থুংলোয়নবা নিয়ম শেমহল্লি।

# নিপানশুবা শরূক

## রায়েনশঙ

<u>বিচারপতি</u> :—

মৈহৌরোল্দগী চৎনরক্লবা লিরবা লৈবাক রায়েনগী নিয়ম শেমদোকুনা লোয়াহনা নৌনা পুথোকপা লৈঙাক্লোন অসিনা প্রজাগী রায়েনশঙগা মরি লৈনবা অদু শেংনা ভাকুনা প্রজাগী মথৌদাং মখোয়গী থমোইদা মমি ভাহল্লি।।

লৈঙাক্লোন অসিনা অকিসায়গী শক্তি শেংনা ভাকই। লৈঙাক্লোম পীবা মরুওইবা নিয়ম কানুন অসিনা প্রজাশিংদা মখোয় মশানা য়ানা মরৈবাকীদমক মথরাই কংথোক্লবা শিক্ষা পী। লৈবাক অসিদা রাজনীতি শেমগৎ শাগৎপদা খুন্নো চেন্দনবা সমাজগী সম্পতি চেকশিনহবা, হায়বা ইব, থবক্তা থরাই য়াওবা, নোম্ব কম্ব, লৈবাকী রায়েন কানুন মপুংফানা ইকায়খুম্নবা

থকশি খাশি নাইবা অমদি মীয়াম্বু নিয়ম কানুন মশানা য়ানা চৎহনব, প্রজাগী লমচং শাজং তাজুনা লমজিংবনা মরুওইবা রায়েনশঙগী মথৌনি। মময অসিনা লৈবাক অসিগী বিচার-পতিগী অহানব মথৌনি অনৌবা লৈঙাক্লোয়া পীবা রাজনীতি "সমাজ নৈতিক চরিত্র" ঙাক শেনবনি।

মাংজোননা থৌরাং তৌরবা রায়েন পথাপ অসিনা প্রজাগী অরোনব সম্পত্তি তুংশিনব থিংবা, প্রজা মশেল তেংবাংনবা থিবা মীশক, থবক শুবগী নিয়ম থুগাইবা হয়ানব, গুপ্তা, রাজনীতিদা অমাং অতা থোক্লবা শীনব মীশক —রায়েনশঙনা মতীকচানা দণ্ড পী। দেশ অসিদা মীরৈবাক্তী শক্তি চংলকপা, দেশকী মাইয়োক্তা ফত্তবা তৌবা মীশক য়েংশিন্নবা রায়েনশঙনা প্রজাদা শিক্ষা পী। প্রজাবু মতীক চানা শিক্ষা পীবগা লোয়-ননা লৈঙাক্লোন চৎনবা মরমস্তু রায়েনশঙনা লমজিংই।

থোইদোকপা নিয়ম থরা:—

লৈঙাক্লোন অসিনা নিংথৌ অমস্তুং অচম্বা প্রজাগী মরকতা আইন্দ থেন্নবা পামদে। মরান লৈবা মীশক লৈঙাক্লোয় পীবা আইন কানুনগী মতু ইন্না মতীক থোকপা দণ্ড পীনবা অচেৎপা জামিন পী। নিংথৌগী মরাস লৈরবা মতমদা মীনাই অমগী মমল পীহল্লগা মবান কোকপীনবস্তু লৈঙাক্লোনগী রায়েন পথাপ

পল্লি। নিংথৌনা অকনবা মরান লৈরবা মতমদা নিংথৌ খুবমদগী লৌথোকপা য়াহল্লি। করিগুম্বদা হাংপগী দণ্ড কাওবা পী।

লৈঙাক্লোম্ম রায়েনশঙ নীংতম্ব সাসনগী মশা ওইনা লিংজিনা থমদে। লৈবাক্কী মকোক থোংবা লোইশং নিংথৌ পোংবা ১০না মতেং পাংজনা অচুম্বা বিচার তৌহল্লি। বিচারপতিশিংনা প্রজাগী মপ মমা ওইনা লৈঙাকলোনগী নিয়ম ঙাক্না থবক পুই। করাগুম্বা মীনা প্রজাগী লম নিয়ম লাম্ন' শিজিন্নবা, চুমদবা ঊপাইনা শেল তানবা, অসিগুম্বা চিংনিংঙাই ওইবা থবক্কী মরানশিং অসিগী অচুম্ব পুরক্নব। বিচারপতিশিংনা লৈবাক্কী ফম্মাই-বশিংদা আইনগী মতেং পী।

বিচারপতিনা মী খুদিং আইন্দা মনীংতম্বা মামহল্লি। জাতি, সমাজগী হৌরকফম অমসুং শিনফম মাংহনবগী লৈঙাক্লোম্না জামিন পী। করাগুম্বা মীশক অমা নিংথৌগী মন্ত্রগা রায়েন-শঙগী হুকুম য়াওদনা ফাবা য়াহন্দে। রায়েনশংগী থৌ পুম্নমক প্রজাশিংগী মরক্তা চংহল্লি। মরান লৈবা মীশক মরান ঙাক-থোকচনবা মতম পী। লৈবাক অসিদা লৈবা মীনা লোন থংনগ্রবদি মী নেক্তুনা মাগী অচুম্বা শন্দে ক্না হায়জনা মশা ঙাক-থোকচনবগী খুদোংচাবা পী। বিচারপতি, নিংথৌ পোংবা ১০না য়াবা মীশক্না ওই। মথোয়গী মপুন্সি মশা মঙ্গ করিবা, মাগী

মথক্তা য়াকৎ লাকত্রিবা মতম অচুক সরকারগী থবক তৌবা য়াই। অকক্নবা অপীকপা লমথৈ অমগী বিচারপটি লমদম অচুগী অরৈবা ঙাক্তানা খুৎ থাজৎলগা থম্মি। থাইদগী পীকপা লৈবাক অসিগী বায়েনশঙদি গ্রাম পঞ্চায়তনি।

বায়েনশঙ :—

লৈবাক অসিগী থাইদগী চাউবা বায়েনশঙদি নিংথৌ পোংবা ১০ না পায়বা লোয়শঙ অসিনি। মসি হৌজিক মতমগী সুপ্রিম কোর্টকা মান্নৈ। লোয়শঙ অসিনা অতৈ লোয়শঙশিংগী মাইকী মথক্তা হয়া মিৎয়েং চংবা য়াই।

অতৈ লোয়শঙদি চৈরাপ, পঞ্চাইনি। বায়েনশঙ অনি অসিনা লৈবাক্কী অয়াম্বা বাথোক্কী বিচার তৌই। লোয়শঙ অনিমক্তা মরান লৈবা মীশক মানা তৌরবা মরানগী মচুংইরা মতৌক থোকপা চৈরাক পী। লোয়শঙ অনিমক লৈঙাকলোম্বা আইনগী ওমথৈ তোপ-তোপ্পা থাইদোক্কনা পী।

অথাপ্পা গ্রামশিংগী কেন্দ্র থম্লগা, কেন্দ্র কয়াদা গ্রাম পঞ্চায়ত কৌবা বায়েনশঙ লিংই। লোয়শঙশিং অসিনা খুজাগী অপীকপা বাথোক লাম্হোক্কী বিচার তৌই। লোয়শঙশিং অসিগী বিচার ওইবানা পেন্দ্রবা মকমদা মথোয়গী বাইগী মাইয়োক্তা মথক থোংবা চৈরাপ পঞ্চাইদা অমুক য়াকৎপা য়াই।

লোয়শঙ অনি অসিনা মথৌরনা তমজবা শক্তিনা প্রজা পেন্সবা বিচার তৌই। অরুবা রাথৌক থৌই লোকপা, মী শিবা, রমল মাখা সম্পত্তিগী মতাংদা কৌটনা পীবা য়াই পেন্সবা মতমদা মথোয়গী য়াইগী মাইরৌক্তা পোংবা ১০দা য়াকংপা য়াই।

## অতৈ লোয়শঙ :—

থোইদোকপা লৈবাক অসিগী শালানগী বিচার তৌনবা লোয়শঙ লিংই। লোয়শঙ অসিনা লান্দা ফারকপা মরান লৈবা মীশক বিচার তৌই। মথোয়গী মরানগী মতুংইন্না মরাল, ডাকপী, অমদি মতীক থোকপা দণ্ড পী।

## সুপীগী লোয়শঙ করম্না লিংই ?

মাংলমচৎকী নিংশিংবা ভন্না ভাউগুইরেংনা পানবা মতম খাই সুংজেং পীবাগী তেন কৌহনা নিংথৌনা শাধুপখিবা লৈবাক য়াবা মতাংদা লৈবাক্তা পোংবা ১০, লৈম কমলেন লুচিংবী ১০গা য়া তান্নবা লাইয়ামদা হায়জহনা ভাউগুইরেং পুথোকখিবা রাকম অহুদা যুন্কম ওইরগা মবুথো লোংদা লাইরেন পাখংবগী লৈম কন্নেন লুচিংবী লাইরেন্ম ইবেন্মা লাইসাবানা লুচিংহনা লৈবাক অসিদা সুপীগী লোয়শঙ ইহান হান্না লিংখি। লাইরেন্মগী

বিচায়দি চৌংঙ্-খোইয়ুম, নমু ঙাইবং ঙ্না বায়েনখি। -মুপী-শিংগা মরি লৈনবা থৌদোক বাখোক্তমক লোয়নশঙ অসিনা বিচার তৌই।

<u>অনৌবা লৈঙাক্লোন্না লম :—</u>

আইন বাংমা লান্না মুপীগী নীং-তম্বা থুগাইদুনা প্রজা মশেন খংনু-চৈনবা লৈঙাক্লোন্না থিংই। মশানা য়াদবা মুপী নমু-হাদুনা তিন্নবনা খাইদগী চাউবা দণ্ড পী। অদুগী মহুত্তা প্রজাগী সম্পতি মুপীবু নিয়ম চুম্না ঙাকপগা লোয়ননা থকশি খাশি মাইনা মুপীগী অধিকার মপুংফানা ঙাক্লবসু হায়। অচুম্ব বিচার পুংখোকপা ঙম্নবা রাজনীতিদা অকায়বা পীবা মীশক আইন্না দণ্ড পী।

বায়েনশঙগী আইন কানুন্না প্রজা পুম্নমক জাতি, মুপা, মুপী, শিনকম, ধর্ম্ম, মহৈ মশিং খেন্নবা থমদনা সম্পৃতি থাক মাম্নবা থমদুনা সমাজগী হৌখম অচুম্ব গুণগী নিং-তম্বা ঙাক্লবা লোয়নশঙ অসি লিংই। প্রজাশিংনা ইদুনা জবাব পীবা য়াই। মরান লৈবা মীশক মরান ঙাক্লবা মতম পী। লোয়নশঙ খুদিং বিচারপতি ৭/৭ লৈনবা খোরাং তৌই।

---

চৌকিদার :—

চৌকিদার রায়েনশঙগী অপীকপা বিচারপতিনা আইনগী শক্তি পিয়বা খুঙ্গাগী খৌ পূবা মীশক অমনি। মহাক্না খুঙ্গাগী মতেং লৌদুনা অপীকপা রাখোক লাম্বোক বিচার তৌবগী শক্তি পায়। বিচারপতিনা নাকোং বাঙ চিং অয়াম্বা রাখোক সুপা চেৎপা, সুপী থাইনবা, হরান চিঙ্ অসিনচিংবা খুঙ্গাগা মায়দুনা অপীকপা রথোক শস্তাইনবা মহাকী শক্তি লৈ। খুলগী বিচার পেঙ্গবা মতমদা মরি লৈনবা রায়েন লোয়শঙদা অমুক রাকপা যাই।

## মাপনগুবা শরুক

**শাসন তৌবা লমচৈৎ অমসুং**

**মখোয়গী ব্রায়েল শাসন :—**

প্রজানা শাসন তৌবা লৈবাক অসিগী প্রদেশ, মীং-তম চৌ-গী লমচৈৎ তোঙান তোঙান থাংদোক্লুনা মখোয় খুদিং পুন্না ফিংথোক্না বনাই মথাদা লৈ। লমশিং অসিগী লমচৈৎ থাংদোকই।

মৈশিংঙ্, লোয়াম্বনা লৈবাক অসি জাতি বিজাতি থারবা অকন্না দেশ অমা শাগৎখি। মহাক শক্তি য়াম্না লৈবা লৈবাক অমগা অমগা নাহেংনবা থিংবা অচুম্বা চৎপা মতৌক মখোনা লৈবা নিংথৌরেলনি। মহাক্না অপুম্ব জাতি অমা শেমগৎপদা রাজনীতি অমদি অর্থনীতিদা প্রজাগী থপুক্লিং চিংশিনবা, চাউখৎপা শাম্বা প্রজাগী পুক্নিং থৌগৎতুনা জাতিগী বাথল মথাক্তা থলহন্দুনা তোঙান তোঙাৎ জাতিগী কেন্দ্রশিংদা ফুম্বা য়েংশিন্দুনা মীং-তমগী মহাও থংহনবা দেশকী শান্তিগী লমজীং লম্বী য়াৎলম্বা অথৌবা অমনি।

---

লৈঙাক্লোন

নিংথৌ পানবা লৈবাক মশেল অমগা অমগা তেংবাংনদুনা অপূনবা পাঙ্গল কনবা মনিপুর লৈবাক শাগৎপদ মথরাই কৎ-খিবা লুচিংবনি। মশেলমক নিংথৌরেলনা শেল থুম, অনৌবা যুবাল, প্রজা থকশি থাসি লাইনা চৎহনবা অমদি চংজয়কপা মীশকী লৈফমস্থ পীরম্মী। করিগুম্বা উপাইনা অপূনব মনিপুর শাগৎপদা লমগী মতুংইন্না আইন শেমজুনা বায়েন সাজনগী মথল থাইদোক্লগা মতম চুপ্প নিংশিংগদবা অথৌইব লুচিংবা অমনি।

লৈবাক অসিদা লৈবা জাতি খুদিং চাম চিন্নরা লৈমিন্নবা য়ানবা শিনবা অশিংবগী থৌরাংনি। মথল মথেল য়াম্বা মী কাংলুপ কাংলুপ্পা মপুম ওইবা মনিপুর লৈবাক শাগৎপদা কাংলুপ খুদিং লৈবাক অসিগী শরুক অমমম ওইহল্লি।

অপূনবা মনিপুর শাবদা শরুক য়াম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসিদগী মহৈ মশিং হৈব. মতীক মথৌনা লৈবা মীথোই মীহেনবা, য়া তাংবদা মরিক চুম্বা থন্দুনা জাতিগী সভাদা লমথৈ অমগী মীহুৎ ওইনা লৌশিন্দুনা লৈবাক বায়েন শথাপ্ত শেম্বদা শরুক য়াহল্লি।

<u>নেমনেম এরিয়া :—</u>

মনিপুরগী চাংগী লৈবাকশিং নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা লৈরম্বা লাংথাইনিংথৌ, মকেং নিংথৌ, চশাং নিংথৌ,

মানচৌং হাওবৈগে, মক্কিচৌং, মকাম ত্যাংখুল, মোয়োন, থাঙ্গাল চৌং, তুশুক্কুচিংবা নিংথৌ মানবা লৈবাক্কু অমমম লিংজুনা, অপুনবা দৈঃ ব'ক শাপুৎপদা মখোয় খুদিং চাউনা শরুক য়াই। মখোয়মু মপুম ওইনা অনৌবা রাজনীতি "সমাজ নৈতিক চরিত্র" দা চেৎনা থাজনা চৎতুনা মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা র'জভক্তি কাইদনা চৎলি। মখোয়গী খুদিং লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী মরুওইবা দুচিংবা ওাক্কি।

মৈহৌরোন্দগী লৈরক্কবা লমদমশিং অসিগী চৎনবী রুহৌ কাইংন্দনা মখোয়গী নিংথৌনা প্রজাগী মতেংগা লোয়ননা রাম্মেন স'সন পুই। করিশুগা লমদমশিং অসিগী নিংথৌগী লমচৎ শাজত্তা পেন্দবা রাকৎ ল'ক্লগা কেন্দ্রনা মিৎয়েং চংই। মপুম ওইনা চৌং লৈবাকশিং অসিগী সাসনগী ভার লম লমগী ওইনা নিংথৌনা য়ু বা মীশক লোয়ননা কেন্দ্রগী অয়াবা লৌরগা সাসন তৌই। লম্বু চৌংগী লমদা থবক তৌবা কেন্দ্রনা হাপ্প অপীকপা কর্ম্মচারী অমনি। চৌংগী নিংথৌশিংনা চাং নাইনা মৈতৈ নিংথৌদা থাজনা পী।

লোয়াম্বগী মতমদা চৌংগী প্রজানা থাজনা পীব ওমত্রেব মতমদা মশা চৎতুনা য়ুম্বাল কৈবাল য়েংলগা মহাক্কী লৈজবা মালু চাং পোৎ চৈশী, মমল লেপ্লগা থাজনা লৌই। চৌংগী প্রজাশিংনা অমুক্ত-মতীক চায় চিয়না মৈতৈ নিংথৌগা লৈমিন্নরম্মী হায়বা ইতিহাসনা শোংনা তাকই।

নিংথৌরেলশিংনা খা-নোংপোক্কা কবো-হুম্পাক, ক্যাং, মুংয়াম, শমজোক, মেংঙু, অভা; অমসুং চিন লৈবাকশিং, অরাং নোংচুপ্পা ব্রহ্মপুত্রনা লমথৈ ওইবা আসামগী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং ত্রিপুরা, ভেকথাও, কাছার, চত্তগোং, অমসুং ঢাকা জাতিগী লমথৈ ওইনা থম্মীরম্মী।

রাকম অসিমক সার চুড়াচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদা রাজা ভূমত্রা সিংহনা সভাপতি ওইদুনা সভা অমা লিংখি। সভা অদুনা আসামগী নিংথৌ পানবা লমশিং হায়রুম্ব' পুন্না লৈমিন্নবা থম্মকপদা সভাপতিনা ঐখোয়দি বৃটিশনা হপ্পা রাজানি, পাম্বোম পাম্লনা ওইবা নত্তে। দাবী তৌরুরগা বৃটিশনা লৌখিরেহ। মতুংদা মরৈবাক মীংবা, মতীক মথৌনা লৈবা মীনা থংগে তালং লকপদা উপাই ওইনবা রেকোর্ড থম্বদি কৈ হায়রখি।

<u>ওটোনোমস দিভিজন :—</u>

প্রদেশশিং হায়বদি নিংথৌ পানব, যদাই থুবমশিং অরাং নোংচুপ্পা ব্রহ্মপুত্রনা ওমথৈ লেপ্লবা নিংথৌ পাবা লৈবাকশিং ঢাকা, ত্রিপুরা, ভেকথাও, কাছাড়, চত্তগোং, আসাম, খা-নোংপোক্কা সান ষ্টেট, ক্যাম, মুংয়াম, শমজোক, চিন, মেংঙু মনিপুর লৈবাক্কি। লৈবাকশিং অসি ভুগ্নীকী মতুংইন্না শরুক কয়া থোক্না থাব। শরুক অমমমদা কেন্দ্রগী মহুৎশিন্ন দেবাল অমমা

মনিপুরগী রাংমদা লৈবা প্রদেশশিংগী রাজধানিদা কেন্দ্রগী অফিস লৈ।

প্রদেশশিং অসি লৈঙাক্লোনগী ধারা ১৬/২৮ গী মতুংইন্না লৈবাক রায়েন সাসন্দি লমদমশিং অসিগী থাম্না লৈরম্বা নিং-থৌশিংনা মনিং তম্না রায়েন্নি। শা লান, ললোন ইতিক, বিত্তা শন্দোকপা কুন্তনিত্তিগী তেংবাংননবা সন্ধি লৌনৈ। প্রদেশশিং অসিনা মমিংতা ওইনা নিংথৌয়েলগী লেমজনিংঙাই ওইবা খুদোল পী। কবিগুম্বদা লৈবাকশিং অসিদগী লান হৌরকই। মতৌক মগুণ লৈবা লৈবাক্কী নিংথৌরেলশিংনা হম্না লাকুনা খুথাং চাউ-শিন্ন লম্বীদা লমজিংই।

দেৱান :—

দেৱান হৌজিক মতমগী গোভর্ণরগা থাক মান্নবা ষ্টেটকী মকোক থোংবা কর্ম্মচারীনি। মহাক্না লৈবাক অমগী প্রজাশিংগা খুৎশম্নবা লৈবাক ঙাকই। মহাক কেন্দ্রগী মীহুৎ থাইদগী চউবা কর্ম্মচারীনি। মহাক মহাক্না পুবা লমগী বিচারপতিনি। শা লানগী মতমদা মানা পুবা লমগী কমাণ্ডেন্টনি। মহাক্না ইমর-জেন্সি লাকপা মতমদা নিংথৌগী মহুৎশিন্না লাউথোকপা ঙম্মী। মথাক্কী থোইদোকপা শক্তি কয়ামুক লৈ। মরান লৈবা মীশক চাংয়েং লোয়গা মরাল্ল কোকপীব ঙম্মী। মাগী মথাদা লৈব মীশক

মরানগী অমদি মতীক মথৌনাগী মতুংইন্না কমথোন পীবা অমস্তুং মকম লৌথোকপা ওয়্মী ।

মাগী থাইনগী চাউবা মথৌদি সাসনগা মরি লৈনবা থাজনা খোমগৎপনি । মানা পুবা লমগী রাথোক শস্তাইনবা ওয়্মী । মহাক্না উপাই লৈক্তব্রা অশোন অনাশিংগী চহিগী থাজনাস্তু কোকপিবস্তু ওয়্মী ।

দেৱালনা থোইদোকপা হীরম অনৌবা রায়েন অসিগী অওবা রাজনীতি অমজিংই । মহাক্না প্রজাশিংদা প্রথা মশেন ভেংবাংনহন্নুনা মপাঙ্গল কনবা সমাজ অমা লিংনবা অমদি সরকারগী চাউখৎ খোংথাং লৌখৎলকপদা থুরো চেন্জনবা লমজিংই । দেৱালনা থুল থুদিং দরকারগী মতুংইন্না চৎতুনা শান্তিদা প্রজাগী মথৌ লমজিংই । দেৱালনা শস্তাইনবা ওমদবা থবক মাগী মকোক থোংবা লোয়্শঙ নিংথৌ পোংবা ১০, লেংদবা সমিতিদা পীখৎলি ।

লৈবাক অসিদা দেৱালগী সাসন লৈরম্বগী খুদমঃ— হিজম দেৱাল, হাওবম দেৱালনচিংবগী মিংদা লৈকাই মমিং থোনবা ঐথোয়্না থংই । হাওবম দেৱাল অথেংবা মতমগী অসাম অমস্তুং মনিপুরগী থবক পুরম্বা দেৱালনি ।

---

লাকপা :—

লাকপা দেব্বালগী থবক্তা মতেং পাংবা লৈবাক অসিগী অপীক পা লমথৈ অমগী অফিসারনি। মহাক মহাক্তা পুবা লমগী রেভিনিউগা মরি লৈনবা রাথোক্তী বিচারপটিনি। লাকপনা লৌউ লোয়শঙগী চাউখৎ থোরাং পায়খৎলকপদা প্রজাগা পুন্না চৎমিন্নদুনা লমজিংই। মহাক্তা মথক থোংবা অফিসারগী হুকুম মতু ইন্না লো ইংখোলগী মরি লৈনবা প্রজাগী অমসুং সরকারগী থো পুই। মহাক্তী মথো য়াম্মী। লম জরীব তৌদুনা খাজনা-গী চাং মহাক্তা লেপ্পী।

লৈবাক্তী খাইদগী মরুওইবা লমগী খাজনা খোম্মী। মাগী মতেং পাংবা জিলাদার মহরীগী য়ুত্তেংনা অস্থক চাউনা লৈবাক্তী শেল খোম্মী। লম্বী, থোং, ঈশিং-থোং তৌদুনা লৌউ লোয়-শঙগী চাউখৎ থোরাং প্রজাগা মান্নদুনা শেমগৎলি। সরকার লৈবা শেল সরকারনা তেংবাং পীনবা শীল্লি। লাকপা প্রজাগা হকথেংনবা শান্তিগী লমজিংবা অফিসারনি।

---

# তল্লাশুবা শরুক

<u>দেশকী পুঞ্জিদা লুচিংবা :—</u>

মৈদিংগু লোয়াম্বা নিংথৌরেলন মনিপুর প্রজা মীয়ামদা রাজনীতিগী মওং মতৌ অং তানা লৈতানবা অমদি লৈবাক রায়েন পথাপ চাং নাইনা চৎহন্দুনা শান্তি লৈনা লৈবাক ঙাকখি। দেশকী হৌরম খুদিং, মীয়াম প্রজাগী পুক্নি, উহৈগী অচংবা মহৈ মরুওইনা জাতিগী অচুম্বা লম্বী লৈঙাক্লোন অসি শোয়হন্দনা প্রজা মীয়াম পুম্নমক পুন্না দায়ীত্ব পুমিন্নদুনা চৎমিন্নখি।

মহাক্না চীংতম প্রজা অপুনবা লৈঙাক্লোনগী রাহৌদোক মনিপুরগী রাজনীতি লুচিংবশিং অপুনবা লৈবাক শাগৎপদা অপনবা পীবা লানহৌ থিংহুনা মীওইবগী গুণ মশক থংনা প্রজা মশেল অমগা অনগা তেংবাংনদুনা রাজনীতিগী লিচিং অমত্তদা চীংতম প্রজা লুচিংবশিংদা অনৌবা থৌরাং লৈঙাক্লোনগী নিয়ম কানুন লৌখৎপদা মথল কয়াগী মৈখাই থিঙ্গাইব মাইয়োক্নহনখি।

অদুমদি ওইরগা নিংথৌরেলনা সরকারগী মপান্দ সরকারগী লৈঙাক্লোন বিজ্ঞান হৈবা মীশক লৈবা উদে, কংখিদে। মরম অসিনা চাউথৎ থোংথাং থুডিমবা, মীরৈবাক্কী রাজনীতিদা লৈবাক অসিদা অমুক হন্না ঈথিল চংলকপা ওমদনবা রাজনীতি দল অমত্তমক লিংনবা লৈবাক্কী অহৈ অশিং মীশক খল্লগা সরকারগী মরাল পীবিনবা বার্ত্তন পীদুনা মখোয়গী অয়াবা লৌখি।

মীরৈবাক্কী রাজনীতিনা মৈদিংঙু থোংত্তেকচাগী মতমদা থোকখিবা লানকম অদুনা লৈবাক প্রজা য়াম্না ওৎ-নৈখিবা থৌ-দোকশিং অদুগুম্না অমুক হন্না থোক্তনবা লৈবাক মীয়াম্না লাইবক্ত ওবা, হোৎনবা কনবা, রাকম অসিদা কেন্দ্র ওইরগা প্রজাগী পুক্নিং চিংশিন্দুনা মপাঙ্গল কনবা অপুনবা মনিপুর লৈবাক অমা শেম্নবা কন্না হায়দুনা লৈবাক্কী অচেৎপা বারেপ লৌখি।

লময়ানবগী রাখল লমজিং অসিনা মরম ওইরদুনা মী খুদিংদা লৈরবা মখোয়গী শক্তি, মহৈ মশিং য়েংথিনবা থমদনা মখোয়গী মরুপ মপাংশিংদা শন্দোকই। নিংথৌনা হায়ব ইনবা, লৈঙাক-লোনগী নিয়ম অসি চুম্ন' চৎনা থাজবগা লোয়ননা চৎপা মীশক সমাজগী চুম শো পায়হল্লি। লুচিংবশিংনা লৈঙাক্লোম্না পীবা দায়িত্ব, নত্রগা মখোয়গী মিংথোল পদবী, মকম থওইদবা মীশক সরকারগী নীতি চক্তীনা অদুগুম্বা মীশক মরানগী মতুংইন্না রায়েনশঙনা দণ্ড পী। মসিগী মরমদি কর্ম্মচারীশিংনা রাখল লমজিং অসি পাক থাক শন্দোক্লবনি।

সরকারনা রাজনীতিগী মেম্বরশিংগী চপ চানা হায়দ ইন্নবগী শুমথে লেপতে। উপাই অসিনা নিতি অসি পাকথোক শক্তোক্ত বগী অচৌব খুৎলায়নি। মরম অসিনা মেম্বর খুদিং মথক-থোংবা কেন্দ্রগী শাখানা লেপখিবা রায়েপ অদু পাংথোক্নবা কন্না হায়দুনা লমজিংই।

কেন্দ্রদা মীয়াম্না সাসন তৌবা :—

মাংলমচত্তা তৌখিবশুন্না অনৌবা লৈঙাক্লোন মশানা য়ানা মীয়াম হৌনা সাসনগী ভার পুমিন্নবগী লৈঙাক্লোনগী আইন-কানুন কয়ানা জামিন পী। সমাজগী রাথন্দা য়ুম্ফম ওইবা মরম্ন অশোংবা প্রজাগী সাসন লিংবা শুমথি। অনৌবা য়াওনগী নীতি নীয়ম, রাজনীতিদা তাউদুনা প্রজানা মপু ওইবা লৈবাক অমা লিংখি। লৈঙাক্লোনগী নীয়ম কানুন কয়ানা প্রজা থাক মান্ননা থমদুনা চৎমিন্নবদা প্রজা অমসুং সরকার অনিমক চেকশিনহল্লি। মরম অসিদগী অনৌবা রাজনীতি "সমাজ নৈতিক চরিত্র" না লৈবাক মরা চেৎনবা অমত্তা শায়বা উপাই ওইখি।

রাজনীতি দল :—

লৈঙাক্লোন চৎনবা হৌখিবদগী লৈবাক অসিদা রাজনীতি দল অতৈ লিংবা থিংই। লৈবাক অসিগী কন্নাইবশিংনা রাজ-নীতিগী লুচিংবা ওইদুনা নিংথৌগী হুকুম মতুংইন্না মথোয়গী

নোংমগী মথৌ পাংথোকই। হোৎনবা কনবা লৈবাক অসিগী মীয়াম্না জাতি খুদিং মশা মউ কবা মী অমগী হকচাংগুম প্রজা পূম্নমক অমজিং অমত্তদা পুম্না লেপ্পী।

লৈঙাক্লোনগী ফল :—

মৈদিংঙু লোয়াম্বগী লৈতারবা লৈবাক রায়েন পথাপ অসিনা ভারত অমদি খা নোংপোক্তা এশিয়াদা য়াম্না কয়া শাকু অমা ওইদুনা মখোয়গী প্রজাশিংগী থম্মোইদা শান্তিগী ইথৌল পী। মতম অসিমক ভারত্তা নিংথৌ খুবমগী কম্না তোয়না লাম্খেংমৈ। লান তৌদুনা শান্তিদা লৈমিন্নবা য়াবা নীংতম্বগী মহাও থুংবা লৈবাক অসিগী অনৌবা য়াওনগী লৈবাক রায়েন পথ প অসি মখোয়না য়াম্না মীহৌই। বেদনা শক শোনবা লাইরৈবাক্কী রায়েন অসিনা মখোয়গী লৈবাক্তা কম্না ইথিল পীবকপা অসিদা প্রজাগী খোল্লাও ঙাকথোক্লবা মখোয়গী উপাই লৈত্তে।

ভারত্তা বল্লন সেন্না পানবা মতমদা মনিপূর লৈবাক জয় তৌ-নবা অকনবা লানফম অমা বড়পেটাদা খে'নখি। লানফম অসিদা মীশিং লাকগুমদনা শিখিবদগী লৈবাক অনি সন্ধি তৌনখি। লৈবাক অনিনা য়ানহুনা ব্রহ্মপুত্রনা কোনবা লৈবাকশিং মৈতৈ-শিংগী ওইখি। লানফম অসিদা জেনেরেল অনি ফারকই। মখোয় মৈতৈ ঈদা তিংথি হায়না থাজনৈ।

---

লানফম অসিদগী সেন শাগৈ লৈখা ভাখি। ভারতকী প্রজাশিংনা থমোই শোকখি। ইতিহাস ইবশিংনা আসাম ১মুং মিথিলা লৈবাক সেনগী লৈবাক্তি হায়না লায়া ইশিল্লি। মসিদা থমোই শোকপগী মুংঙাইতবা কোংলকপা করিগুম্বা র কম অমত্ত ভাবা ফংদবা অসিমক থে ইদোক্লা মুংঙাইতবা অমনি।

মতম অসিদা মনিপুর লৈবাক অসি মিথিলা দেশ হায়না থংনৈ। মৈদিংঙু কোংয়াম্বা যুগ অসিগী নিংথৌরেলনি। লান তৌদুনা লৈবাক লৌবনা অচৌবা নিংথৌ ওইনা শীংথানবা ভারবদি কোংয়াম্বা লৈবাক অসিগী খুঙইদগী চাউবা নিংথৌরেল-শিংগী মরক্তা অমনি। মসিদগী হেয়া চাউবা ঐথোয়গী লৈ-বাক্তা লৈতে। লানফম অসিদা মৈতৈ লায়ীগী মতীক মথোনা অরাংপা লৈতবা গুণবু মথোয়না মণিগা চাংদম্নদুনা লৈবাক অসিবু মণিপুর হায়না শকথখি।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা পানবা মতমদা চিনগী নিংথৌরেলনা মৈতৈ লৈবাক্তা লানগী লানবাউ থারকই। মথোয়না থারকপা চিঠিগী মতুংইন্না মথোয়না থারকপা লুচিংবা জেনেরেল মোইদানা হাৎপা ওয়গা চিয়া লৈবাক অসিগী মখাপোম্বা, ওমত্রগা মণিপুরনা চিনগী মথাপেম্বা হায়না হায়রকই। মৈতৈগী অকম্বা নিংথৌ-রেলনা চিনগী লুচিংবা মোইদানা হাৎখি। লানফম অসিদগী

চিন লৈবাক মৈতৈগী মথা পোনখি। মোইদানাগী মকোক কংলা-শা মাংদা ফুমই। মশম, খুজিম্রা ললহামপুংদা ফুমহুনা হৌজিক ফাওবা থুনম লৈরি। ইতিহাসকী খুদমশিংনা শোংনা ত কই— চিন ঐখোয়গী লৈবাক্নি।

গরীবনিৱাজনা থা-নোংপোক্তা শ্যাম, অভা কোম্বুং ফাওবা লৌশিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক শন্দোকখি।

শান্তিগী লময়াম্বা লৈঙাক্লোনগী য়াহৌদোক অসিনা মরম ওইদুনা পীক্রবা মীশীং য়ামদ্রবা লৈবাক অসিনা খল্লুবদা তুজুংবা লানফম কয়া মাইয়োক্রবা ওমখি। জাতি তিম্নদবা মী কাংলুপশিংনা নিংথিনা তম্বীরবা লানগী মহৈ মশীং মতম চানা শিজিন্নহুনা শিবা কিদনা য়েক্রবা জয় তৌখি।

লৈবাক অসিদা লৈবা মীরৈবাক মচাশিংনা লৈবাক নিংথৌদা অকাইবা চৎপা উহক্রবস্ত লৈবাক মাং তাক্রবা তৌব অরোনবা থবক্তি অরেপ্পা লৈতে। মথোয়না প্রজা মশেন তোথাই তানবা অমদি মড়া চেত্তবা লৈবাক অমা ওইনবা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা লাম্হোং অমা পুথোকই। মৈতৈ নিংথৌ অমদি শঙলেন মক্লশিংনা লৌয়েংনবদগী ধর্ম্মগী লাম্হোং অসি থিংনবা থিন্দুনা তাকপা হৌমংখিদে। মরম অসিদগী শক্তি লৈরবা নিংথৌ মচাশিং, প্রজা

মশেল মত খেন্নরকপদগী মমল য়ান্নবা পৃথিবীদা লৈত্রিবা লৈঙাক-লোন, মমল য়ান্নবা লৈশেন মুংশেমগী লাইরিক লাইশু খোমজুনা লৈবাক অসি মরু ফংনা মাং তাকুবা যজ্ঞ তৌজুনা মৈ থাখি। অদুবু ঐখোয়না পুরান মৈ থাবা হায়না থংবে। মুমিৎ অদুদগী মৈতৈগী মুমিৎ তাখি।

ধর্ম্মদা তাওবা মীরৈবাক মচাশিংনা অচুম্বগী জয় অদুবু মীহৈজুনা লৈবাক অসিগী লাইরিক লাইশু ময়েকপু বনদি ময়েক্কি হায়না বৃটিশ সরকারগী অয়াবা লৌজুনা এখোয়না পায়খি। মখোয় না ময়েক অসিগী মচা মশু ওইনিংই। মসিনা ঙসি ফাওবদা মীহোবা অদুগী কিশি অদু অদুমক লৈ।

লাইবক থিরবা মীরোল অসিনা থমোইদদি খ বা খুদম পীন-ভাই লাইরিক লাইশু লৈত্রবশু শোক ১৯১৯ দা প্রাগ্জ্যো ফমখিবা পৃথিবীগী হিন্দু মহাসভানা মীওইবা জাতিগী হৌকম শাৎফম, মুমিৎকী হৌকম অমসুং যজুর্ব্বেদ পুখোক্তুনা ব্রত্যগী হৌকম লৈনখি। মহাসভানা লৈবাক অসিগী পাম্মোইবী খোঙ্গুল, কুম্বা-বা য়েংলগা দেশ অসিগী লোন, ময়েক অসি পৃথিবীগী ময়েকী হৌ-ফম্রি, লোন অতৈদা অনুবাদ তৌজুনা থংবা, চৎহবা কৈ, মসিগী শেল কায়থোকপা চুম্মী হায়। ময়েক অসিনা জাকই জাতি অসি বিযেত্ত য়ান্না লৈবা মরন্না মুথৎপা য়ারোই। লৈবাক

অসিগী কাং, শংগোল কাংজৈ শান্নবা অসিনা জাতি অসিগী থাইনগী কেলেণ্ডরনি। মসি উশিন্নদবা থংশিন্নদবা মী অদুদি মিৎ তাং-বগা মান্নৈ, মিৎ তাংবা কৌই। কুইখ্রবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা হিংলিবা জাতি অসিগী অকা অকুম লৈকম থোকই হায়না মহাসভানা বারেপ লৌথি।

মনিপুর লৈবাক্তি ভারত লৈমগী কোট্রা অফবা মরু থনহুনা ৎন্নবা ফোংদ অদুগুম্বা জাতিনি। প্রাগ্-তা কমখিবা পৃথবীগী সভানা পৃথিবীগী হৌফম, মীওইবগী শাংকম থিদোক্লবদা মৈতৈগীদি যলাই ৭ কী পুকোক লৈবনা মৈতৈ জাতি অসি মীওইবা জাতিগী মপা মপুনি হায়বা য়ানখি। মতম অসি মনিপুরনা ভারতকী মমুং চনখিবনা ভারত ইউরোপ জাতিগী মথক থোংবা ব্রহ্মগী মচা মগুশিংগী মমুং চনখি। মতৌ অসুম্না বন-নি ময়েক্কী কিশি থোক্লনা ভারত পুম্বগী, পৃথিবীগী মযেক্কী হৌফম পুম্নমক্কী মপা মপু ওইনা ইকাইখুম্নখি।

মহাসভা— মীওইবনা শিরগা কৈনা চায় হায়বগী মরম করিদগী হায়বনো ?

মৈতৈ — মীওইবনা হিংলিঙৈ মতমদা মহাক মহাক্লা দংবা তৌখিবা পাপশিং অহনা শিরবা মতমদা অশিবা মী অদুগী

আত্মানা মীওইবগী অহানবা হৌরককম লাইরৈবাক অসিদা লাকই। মখোয়না খোংহাম্পাৎতা মশা শেংদোকই, মতুংদা নোংপোক থোং অহানবা অসিদা লাকই। খানা চাউবা বা রাংত্রেন্দগী য়াথং পীবিনবা লাকপদা মরান তৈনবা মীশক্তীদি মাগী পাপ্পা কৈ ওইদুনা মাগী আত্মা অতু চিঙ্গাক ওইনা চাথোকই। মরম অসিদগী শিরগা কৈনা চায় হায়বনি।

মহাসভা— অশিবগী আত্মা না কদাইদা ভিনখি ?

মৈতৈ— মীওইবনা শিরবা মতমদা হৌব লোইবা, লোম্বা, লাইরৈবাক্তা মী ওইবগী হৌফম শাৎফম মরু অসিদা অমুক হন্জিল্লকই। মখোয় থুদিংমক লাইফম কয়াদা মানা মানা তৌখিবা থবক্কী মরান কেকপীনবা লৈশেম সুংশেম য়াওবা লাইশিংদা লৈশি লৈথোম্না থুকম্মী। লাইবক ফবা কনানা খোংহাম্পাৎতা মশা শেংদোক্লে, খানা চাউবা রাংত্রেন্দগী বিদাই লৌরগা অশিরম হায়বদি কংলাগী শা মাংদা লাকতুনা থোংঙাক লাইরেম্বীদগী বিদাই লৌই। মফম অসিদা লম চৎপগী অরা অনা পোথোক্লে, থমোই মৈচাক ঈথোলাংবা ইমাগী মশাইগোন্দগী ঈশিং থক্রগা কোক্লে। ইমানা সুংশিনা মখোয়না চৎকদবা লম্বী অচুম্বা তাকপী। ইমাগী

বিদাই কংলগা গুরুগী শাথুপকম মকোয় সুজোই চৌংদা লাকই। লাইরায় লমজৌংবীতুনা মানা মানা তৌজরকপা কর্ম্মগী মতুংইয়া সুমিৎতা তিনথিবা য়াওই। মসিনা মী-ওইবগী থ্বাইদগী বাংবা মপোক্কি। অয়াৎফি থাদা তিনথি। অদুয়া মীওইবনা পোক্ক শি, পোক্ক শি তৌদুনা সংসার অসি শেম্মী।

---

## তরামাথোইশুবা শরুক

**বিচার অমা :-**

"সমাজ নৈতিক চরিত্র" মপান্দগী লাকপা মীশিংনা লৈভাক-লোন অসি উবদগী থোনবা মিংনি। পৃথিবীগী রাজনীতি ইতি-হাসনা পৃথিবীদা সংবিধান হায়বা য়াবৈ অসি লৈত্রিক্তৈদা মাং-জোমনা লৈবাক অসিদা হান্না সংবীধান লিংদুনা চৎলম্মে। লৈবাক অসিগী হৈ-শিংবা নিংথৌরেলশিংনা মীয়ৈবাক মচা লানফা নিংথৌ

মচাশিং মখোয়গী গুণগী মথক্কা মখৌ পীদুনা লৈবাক অসিগী নোংতম্না লৈভাকপদা মখোদাং য়াহনখি। মখোয় থুদিং মৈইতেগী য়ুম্নাক অমদা তিনখি। মীয়ৈবাক মচাশিং মাগী মাগী মরোম্দা সংবিধান অসি ইথোকহন্দুনা মরৈবাক্তা থাহল্লি। মতৌ অসুম্না লৈবাক অসিগী নিংথৌনা লৈবাক অসিগী লৈভাক্লোন জাতিগী লমচৎ শাজৎ থংনবা লৈবাক্তা শক থংনবা প্রচার তৌখি। মখোয় তুংদা লাকপা মীতোপকী থৌদোক য়াখোক্তা, হীরম কয়াদা ব্যাখ্যা তৌবা, নিংথৌগী ফম্নাইবা অগুম্বা ওইহনখি। নোংপোক লমদগী লাকপা মীশিং নোংচুপ্তগী লাকপা মীগুম্না লম্মন শিংবগী য়াখল থোইনা চেন্দে। নোংচুপকী মীশিংনা লৈবাক অসি মায় হায়-গৎলকপা য়াদনবা ইথিল পীদুনা ইতিহাস লাম্না উদুনা থনম্মী। মতম অদুদগী হৌনা ভসি ফাওবদা লৈরিবা লৈবাকী অহৈ অশিংঃ শিংনা মশাগী য়েংদুনা লৈরে। জাতিগী নোম্বা মীশক মশীং য়ামদে। থংদবা, উদবা থিজিন্না য়াৎপদগী মমল্ল য়াম্নবা ঐখোয়গী ইয়ন ইথুম লৈখা তাখি। অসিগুম্বা কাইকদবা রুহী কাইনা চৎপদগী লৈবাকী অরাবা থৌদোক্লা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা লোৎবা লৈতনা লৈ।

লোক ১৯০৫ দা লোর্ড কর্জনমা আসামগী নিংথৌশিংগা পুন্ন হোৎনমিন্নদুনা তাইশিনখ্রবা অৱাং নোংপোক লৈবাকী সম্পতি

ব্ৰহ্মপুত্ৰন, কোনবা লম মখোয়গী সাসন্দা খুৎলোইগদবা য়েংদুনা মিত্ৰৰাজ লৈবাকশিং মনিপুৰদগী থাইথি। থৌরাং অসিনা মনি-পুরগী মপাঙ্গল হাৎলগা লৈবাক অসি লৌশিন্নবগী খুৎলাই ওইখি।

পুৰাণ ৈম থাবা :–

শ্ৰীযুৎ মহাৰাজ চন্দ্ৰকীৰ্ত্তি সানা কাক্তক্তা মৈতৈ নিংথৌদি পাথংবগী সানা ঈ অশেংবা নঙ্গে হায়বা অকন্না ৰাকম অমা লারুথি। চন্দ্ৰকীৰ্ত্তি সানা পুক্নিংদা য়াম্না ৱাৎহোথি। ৰাকম অসি যুগ ৭ কী শাইওন থংবা মীশক, মতম অদুদা লাঙ্গোল লুখোই হায়রগা খংনবা পণ্ডিত অসি সানা কোন্নুংদা কৌদুনা নিংথৌনা হংখি।

নিংথৌ :– ইপু; ঐনা নিংথৌ ওইবা মতম অসিদা ইপুনা কোন্নুং কারক্তবগী মরম করিগীনো?

লুখোই :– লাইনিংথৌ, লাইনিংথৌনা পাম্বা যুগ অসি শা, লান লৈতে। লৈবাক মড়া ঙপ্পা ঈংনা পাল্লি। ঐগী ইথৌ লৈতে খন্দুনা থৌগল কারক্তবনি।

নিংথৌ :– ইপু; লৈবাক্তা ইপুবু লাঙ্গোল লুখোইগী শাইওন্নি, যুগ কয়া থংবা, পুন্সিবনি হায় চুমত্রা?

লুখোই :– হায়হৈদে নিংথেম, মনাইনা থংবা মথৈ সানা ৱাথং ফংলবদি হংগৎচগনি।

নিংথৌ :— অদুদি পুরাণ মৈ থাখি হায়বা চুমব্ৰা ?

লুখোই :— পুরাণ মৈ থাখিদে নিংথেম। মৈ থাখিবদি মৈতে লৈবাক্কী মৈহৌরোল্দগী লৈরক্লবা মাংকত্ৰবা মমল্ল য়াম্নবা লাইরিক লাইশু খোয়গা মৈ থাখি।

নিংথৌ :— অদুদি হৌজিক পুরাণ অদু লৈরিব্ৰা ? মদু লৌরুব য়াগব্ৰা ?

লুখোই :— য়াই নিংথেম।

নিংথৌ :— কদাইদা লৈ ?

লুখোই :— লৈমরোক্তা লৈ।

নিংথৌ :— অদুদি লৌরুচো ইপু।

নিংথৌ সানা য়াথং কংলদুনা লুখোই পুরাণ লৌবা চৎখি। কংলাগী মখোং মপা য়ৌখিবদা লুখোইগী শক উবা কংখিদ্রে।। খংহৌদনা মিৎকুপ থরগী মমু'। পুরাণ পুরক্লে। লৈবাক্কী অঙম অথোম্পিং য়েংনখি।

নিংথৌ :— ইপু অমুক্তা কাকপিয়ু।

লুখোই :— মনাই ঐ কাকপা ঙম্মোই।

নিংথৌ :— অদুদি কনানা কাকপা য়াই ?

লুখোই :—:— লাইনিংথৌদি নবুথৌগী সানা ঈ অশেংবনি, নবুথৌগী মরম্নি, সানা পুক্নিং শেংনা কাকপীয়ু য়াগনি।

নিংথৌ :— ইপু ফাকপিয়ু লৈবাক্তী য়াথংনি ।

লুখোই :— মতম নত্তে. হৌজিক মসি ফাকপা য়াবা মীশক লৈতে ।]
লাইনিংথৌদি য়াগনি ।

নিংথৌ :— অদুদি অমুক খমউবা য়াব্রা ?

লুখোই :— য়াগনি ।

নিংথৌ :! করিনা কুপ্পস্মী ।

লুখোই :— যনগী কোপমাইনা কুপ্পস্মী ।

নিংথৌ :— ফরে ইপু অমুক থশ্বীরুৱো, মহুগী দোষ লৈৱোইকো ¿

লুখোই :— লৈতে নিংথেম ।

নিংথেম :— ঐসি ইবুধোগী সনা ঈ অশেংবনিকো ?

লুখোই :— চিন য়া কেম্বা, লমকেৎ লমশাইবা নোক্লা রাহৈনি । নবুধোগী সানা ঈ অশেংবা নত্তনা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা মৈতৈ লৈবাক্তা পানখিদ্রি । মদুগী খুদম ননাই চঙ্গংচগে— মাংলমচত্তা নবুধো গরীবনীরাজনা চৎনবী রুহী কাইনা মজাইবুংত্তো শ্যামশ্যাইগী মহুত্ত। সানাকল মোরাম্ববু নিংথৌ খুবম ফংহনখি । রাফম অসিগী লৈবাক রাথোক ওইখি । মোরাম্ব মশামক লাইথুং পানখি । মরম অসিনা কনাগুম্ব মীশক অমত্ত. নবুধোগী ঈ অশেংবা নত্রবদি রাজগাদি ফংব য়াদে । লাইনিংথৌগী সানা হকচাংদা করিগুম্বা খুদম অমত্তা লৈতে. অশেংবা নবুধোগী সানা ঈনি ।

---

লৈঙ্কাক্লোন

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি জিল্লা দরবার তৌনবা বৃটিশনা কৌখি। প্রজা পুম্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা থবাই ৱানখি। মৈদিংঙুনা জহাজদা স্না-খোং হেক থাংজিন্দা জহাজ লুপথরম্মী। মতৌ অদু বৃটিশনা ওকখি। মসিমক ঐ মক্লি হায়বা খংনবা থুদম পীবনি। "মহারাজ ঈশ্বর" বৃটিশনা তশেংনা ল্যাইগী শক্তি লৈ খংলহনা পীরম্বা মিংথোন্নি।

ৱারী অসিদগী ঐথোয়না খংলে, পুরাণ মৈ থাখিদে। নিংথৌগী ৱাথং কংলদুনা লৈমরোক্তা পুম্না অমুক থমখি।

<u>মৈ থাখিবদি সন্ধি পত্রনি :—</u>

মৈদিংঙু কোংয়াম্বগা সেন নিংথৌগা শোক্লখিবা লানকম :দি চিন নিংথৌগা থাগেম্বগা শোক্লখিবা লানকম কয়াগী সন্ধি পত্রশিং কংলাদা ফুন্মী। মদু ফুক্তুনা লৈবাক অসিগী লৈশেম সুংশেমগী লাইরিক লাইশু, মমল য়াম্নবা ময়েক, লাইয়াম্‌গী শাইওন তৌখিবা ক্রোনিকেল থোমদুনা মৈ থাখি। মদুবু মৈতৈনা পুরাণ মৈ থাবা কৌই। অশেংবদি ভারত, চিন লৈবাক অনিনা মৈতৈগী মথা পোন্না, মাইথিখিবগী দলিল তুংলমচন্না লৈহৌগদবা ফজদবা মিংচৎ অদুগা মরি লৈনবা চেংচাং অমদি লৈবাক অসি অমুক হন্না মাই হায়গৎপা য়াদনবা লাইগী শাইওন পত্রশিং মৈ থাবনি।

মৈ থাখিবগী হৌরককম :—

মতম অদু লৈবাক অসিগী রাজনীতিগী মড়া চেৎলমদে। নিংথৌ গাদিগী য়াম্না খৎনখি। শঙলেন মরুশিংনা গরীবনীরাজগী মরান কয়া পীখি। নিংথৌ খুবম য়াব য়াবা চরাইরোংবগী থায়া অমা খুবম শিন্নবা অরোম্বা থৌরাং তৌখি। শঙলেন মরুশিংনা গরীবনীরাজবু পাথংবগী সানা ঈ নত্তে হায়না কয়া য়েংখি। মদুগী মরম অমনা :—

চরাইরোংবনা তকুখাদা নত্রগা তগুক নিংথৌগী মথক্ত থাজনা পীনবগী লাম্দাখি। লাম্দা মাগী মচানুপী ফারকই। নুপীমচা অদু নিংথৌ পুক্রিং থোইদাখি। উচিরাদা লৈবা পণ্ডিত অমদা শিন্নখি। শঙলেন মরু খংলক্তুনা নিংথৌদা হংখি। নিংথৌনা ইকাইখদগী নাইত ওইহনগে পুরকপনি খুমখি। নিংথৌগী পুক্রিং থংবা পণ্ডিতনা মাগী মমোম্নি হায়। শঙলেন মরুগী অপাম্বা রাণী হাপকে থল্লম্বা, নিংথৌনা নাইনি হায়বদগী নাইনা লৈবাক পুবা য়াদে হায়না থিংখি। পণ্ডিৎকী রাফম অদুস্থ শাইরুক ভিন্নে লৌনবা য়াদে হায়না থিংখি।

অরাবদি চনুরা অসি গর্ভপতি ওইখ্রে। পণ্ডিতনা মমোম শক্লা য়োকখি। পণ্ডিত অসি রাংথৈ কোখরেম্ব ওইরম্বা য়াই। অভাং নুপা অমা পোক্লে। পাল্লি য়েংবদা মপা হাৎলু হায়বা

লৈ হায়বদগী নিংথৌনা হাৎনবা থৌরাং তৌখি। অঙাং অসি চৌংদা লোৎহনখি, মসিং পামদৈবা থোক্লে।

মবুথো পাখংবনা মাংফদবা সানা ঈনি থংনবা অঙাং অসিনা লৈবা মফম খুদিং শুরুং কাওরে। মতুংদা নিংথৌনা মচাগী মতৌক মগুণ থংলক্লুনা সানা কোম্বুংদা পুশিল্লে। নিংথৌ গাদি পাঁগে নিংলে, শঙলেন মরুগী রাশক কাইরে। গরম অসিদগী শঙলেন মরুগা নিংথৌগা অনিগী মরক্তা খুবমগী রাথোক থোকখি। নিংথৌনা লানগী জেনেরেল পুন্নমক কাখিন্দুনা থমখি।

মপান্দগী লাকপা রাজনীতি কুতনীতিগী অরোম্বা থৌরাং মপুংফানবা নিংথৌদা তোংন্দুনা নশঙলে মরুনা পায়বা অরুবা লাইরিক-লাইশু নিংথৌদা খে মজিনহনখি। শঙলেন মরুনা মাইকৈ অমরোমদা মাংফদ্রব দলিনগী অরোম্বা লৈফম ময়াং পণ্ডীৎতা লোইনা তাক্লে। ভারত, চিনগী কুতনীতিগী লম্বোই-বশিংনা মরি লৈনবা সন্ধি পত্র পুন্নমক মৈ থাখি। মতুংদা থংলক্লুনা ময়াং লম্বোইবা শান্তিদাস খুজাইলোক্তা হাৎখি।

গরীবনীৱাজ মনীং তৌবা নিংথৌনি :—

থাংদা লৌবা লম পুন্নমক থাংদা তুম চৎখি : —

মৈতৈ লৈবাক্তা গরীবনীৱাজমুক চাউব নিংথৌ অম পান-

থিদ্রি। মহাক্কা মপা মপুনা থনম্বা অমুক চাওথ্রবা লৈবাকশিং কারবদি ব্রহ্মাপুত্রনা কোম্বা নিংথৌ পাম্বা লৈবাকশিং —নোংপোক্তা থাংগী, খাদা অভ', শ্যাম কাওবা রায়েল্লম্বী। অমুক চাউথ্রবা মৈতৈগী রাজ্য অসি শঙলেন মরু, মপানগী লাকপা মীতোপকী ইথিল্লা লৈবাক কাং-থোং চাইদুনা মাংথি। মপানগী মীতোপশিংনা মখোয়গী হৌরকফম দেশকী ঈ-পাও চৎনদুনা মতম অমত্তদা লান হৌরকপদগী মচু তাকথোক্লবা মৈতৈ নিংথৌগী উপাই লৈখিদে। অহন লমনগী পাউরৌ থাংনা লৌবা লম পুম্নমক থাংদা তুম্না মাংথি।

গরীবনীরাজ মনীং তৌবা নিংথৌ অমগী গুন চেল্লি। মহাক্কা প্রজাগীদমক তৌরম্বা মাংফদ্রবা থবকশিং পোৎ ওইনা হৌজিক ফাওবা প্রজানা উবা ফংলি। মাগী পুন্সি অঙকপা থৌদোক্কা থল্লি, অরোইবা পুন্সিস্থ মীওগী পী তাখিবা থংহৌদে।

মৈতৈ জাতি :—

লাইয়াম্না মমু তাইবং মী শেমগে হায়দুনা হোম তৌই। হোম তৌবদগী মৈথুংদগী তাইবং শেম্বা মপুনা পেম্বীরদুনা তাইবং মী পুথোকখি। মী অতৈপা হৌফম শাংফম মায়দে মী অতৈদগী তৈরে হায়দুনা মৈশুংদগী হায়বা রাহৈ অসিদগী মকোক থংবা রাহৈ মৈ অসি লৌই। অদুগা মী অতৈদগী তৈরে হায়বা রাহৈদগী

ভৈ অসিগী পুন্নগী মৈতৈ কৌবা জাতি অসি ওইখি। মতুংদা অমুম অমুম তৈরকুনা মী তৈ হায়না খংনরক্লে। মীতৈ জাতিবু ব্রাত্য হায়রগম্থু খংনৈ। ব্রাত্য শাগৈবু অমুক হন্না শেং-দোক্কবা অতোপ্পা হীরম অমমুক লৈত্রে। অমুম্না মনু-সংহিতা-নচিংবা লাইরিক লাইগুনা শন্দোক্লা তাকই।

মৈতৈ হায়রগা চাং তমদা লৈবা মলাইরেন্দা য়াওবা মী খুদিংমক খংনৈ। মখোয় লাইগী অশেংবা কুদোম্নি। মখোয়গী লৈকম্থু য়ুম অহাম্বা তাবা য়ুম্ফাল হায়না কৌই।

ডাক্তর স্থনিতিকুমারনা হায় :—

মৈতৈগী জগোয় ঈশৈ উরগা ঐখোয়না জাতি অসি নৌমা শক খংবগুম তৌই। জাতি অসিদি য়াম্না লিরবা জাতিনি। মতম অমদা মখোয়বু কিরাট হায়রগা খংনরম্মী। মখোয়না হৈবা বিদ্যাদি অঙকপগী মশাক্লি। মখোয়না মীওইবগী সভ্যতা পাক শন্না শন্দোক্লম্মী। মতম কুইখিবদগী হৌজিক মখোয়বু মুন্না খংবা মী লৈত্রে। টিবেতানশিং অসি মৈতৈগা য়াম্না নকুবা মরি লৈ। মখোয় অসি করম্বনা পু অহম্লো হায়বা অদুদি খংবা ওমদে। মখোয়গী লিচৎ শাজৎ মীওই মীতোপ্থু চাংদমদুনা য়েংলবদি মখোয় অসি জাতি অমত্তদগী থাইখিবনি।

---

## রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র :—

মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র বাঙ্গালি য়াম্না হৈ। শ্রীযুৎনা থংনবা দেশ বঙ্গদেশতা মৈতৈগী সভ্যতা শন্দোকপা মতমদা বঙ্গালি লোন্দা শক শোনখি। মরম অসিদগী হৌজিক কাওবা লৈবাক অসিগী কীর্ত্তনগী অভিনয় অয়াম্বা বঙ্গালি লোম্না শিজিন্নরিবা অসিনি। শ্রীযুৎনা পাম্না চৎনম্বা ধর্ম্ম অমদি মসিগা মরি লৈনবা বিদ্যা শন্দোকপা হৌজিকফু লেপ্তুনা অদুম চৎলি। শ্রীযুৎনা [1]তৌরম্বা ধর্ম্ম কর্ম্ম, পূম্নমক্না চাংদম্নিংঙাই লৈতনা ফজবা অসিদা ভারতকী মুণি ঋষিশিংনা পীখিবা মিংথোম্নি।

ঙসি ফাওবদা শ্রীযুৎকী কৃষ্ণ বৃত্তিগী ভাবনা অদু ধর্ম্ম চৎপা গুরুশিংনা অগোই ঈশৈগী থোংদা পৃথিবী শীম্না থুংনা গুরুশিংনা নিংথিনা তম্মীরবা অথোইবা মীশক্না প্রচার তৌরি। ৺মাইস্নাম গুরু অমুবী, ৺তাওবম গুরু অতোম্বা মমিং পনবদা মতীকচারবা গুরু কয়াগী সেবকশিংনা ভারত্তা, পৃথিবীদা মনিপুরগী শক তোপ তোপ্না মহৌশাগী লৈজরক্লবা কলচর কয়ানা তাক্লি। হৌজিক হৌজিকমকত্থু ভারত্তা অমদি মনিপুরদা শ্রীযুৎকী মশু-ইবুংঙোশিংনা অতৎ অথম লৈতনা ভাগ্যচন্দ্রগী পামজরম্বা চৎলম্বা ধর্ম্মগা মরী লৈননা ভাব কয়া শন্দোকই।

---

[1] লৈঙাক্লোন

মনিপুর হায়রগ চাং তম অনিমক থংনৈ। চাংগী থোই-দোকপা অগোই ঈশৈশয় শিংথানিডাই ওইব পুক্নি হুবা অমনি। পুম্মক অসিনা ওসি মনিপুরগী শক শেংনা পৃথিবীদা তাকই।

*The End*



## অইবগী ফোংখ্রবশিং —

1. Nagarik adhikar tattwa.
2. Indian administration.
3. The two gentlemen of Verona.
4. Taigi Ningthouren. (*Drama*)
5. Bapuji.